অহানবা ফোঙবা/১৯৮৩
দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বরনা
ট্রাইমরেট এণ্টরপ্রাইজ
শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই– ৭৯৫১৩৭
গীদমক্তা।

মশীং—লীশিং অমা
মথূমগী লাই—শ্রী এ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, খোংমন, ইম্ফাল
নম্ফম ঃ—এস, আই, প্রিণ্টিং ৱার্কস, শীংজমৈ।

*( লাইবিক অসি ফোঙবদা মণিপুর ষ্টেট কলা
একাদমীনা অযাবা শেনগী মতেং পাংই )*

মমল ঃ– লুপা ১২ ০০ ( মথুম অথাবা )
লুপা ৮ ০০ ( মথুম অপাবা )

**IMEISUNI TOURASUNI HANG HANG– A collection of short stories by E. Dinamani Singh of Leisangthem Leikai, Singjamei Imphal, Manipur(India), published by Dineshwari and Dineshwar for Triumvirate Enterprise & Printed at the S. I. Printing Works, Singjamei - 795137, first edition 1983.**

# লান্থোকচবদা

লৈমিন্নরিবা অমদি হিংমিন্নবিবা মীদা শংত্রিক যেংবসি শাওবীং শাওবীংদি লাউই হাযববু হুংদি যাম্না হুংঙাই। মপানগী শক্তমগা মহুংগী ফীবমগা মবোল ইফাও ফাওনদবা মীওইবনি। মপানগী শক্তম্না শেম্বা-যাৎপা নিযম-লীকলম হুংগী শক্তম্না হেক হেক নাম্থোকই, লান্থোকই। কবিগীনো? খুম্বা ঙমগনি থাজদে মহা সাহিত্যকার মাগী অথুপ্পা মযামগী মহুংদা অমনি। অতুবু সাহিত্য-কাব মাগী খুৎই ওইবিবা মীবু পাকুবগা অঙম্বা মওংদা অর্থ লৌশিনজতুনা ঙাইহাক্তং হুংঙাইজকুবদি কাযফম থোক্তে, মাগী পাত্র অমা ওইনা অধিকাবতুম লৈ খনজে।

হন্দক অমুক্কা, পামজকুবদগী মযামগী মফমদা অফংবা খবদং খুদোল তৌজবি।

হিংখিবা, হিংলিবা অতুগা হিংতুনা লৈহৌবগদবা মশা খঙনা অমদি খঙদনা শক্লোন পুদবা যাদতুনা পুবিবা মীওইবদা কৎথোকচবি।

ইম্ফাল

নবেম্বর ৭, ১৯৮৩

এলাংবম দীনমণি

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

# লৈনম খীক্তোক্লবা লম্বৈন্দে

**চহী** কুন্থ্রামুক্কী মতুংদা উন্নবনি মকুপ মৈনো। ইম্ফালগী স্কুল অমত্তদা ক্লাস থ্রিদগী তম্মিন্নবকখি, কোলেজসু তিম্নবকই। হায়বম মান্নত্রবসু মতম মান্নত্রসু চান্নবা তিম্নবকপনি। কোলেজগী অরোইবা পরীক্ষা থাখিবা মতুংদগীদি মফাং মফাং চৎনখিবনা অতুম কাযনখ্রে। সহবদগী কিং মিং কয়া থাপ্লবা চীংযাগী খুঙ্গং অমদা উন্নবনি। ঐদি মাবু মশক ফনা কুইনা খঙলুদে। খুলগী মচীন যৌবকপগী অতুদা মশা ফনা নানবা বাবু মানবা ভাব তাগদবা মানবা মী অমা চৎলি, মখোন্দা ঐখোযনা চঙগদৌবিবা যুম অতু কদাযরাযদনো হংসি হাযদনা মপাদা গাডী থামহল্লি অতুগা লোযনবল্লিবা ঐগী মী অতুদা যুম হংহল্লি। মানা যুম তাক্কে তৌবম্বদগী গাডী মনুংদা যেংশিল্লক্লগা ঙক্লপা চঙশিল্লক্তুনা চেপথতুনা যেংলগা হাযবকই—

—হায, ভযাবী। ভযাবী চন্দ্রো নত্রো।

তাবদা ঐ থংনীং নীংশিংলকপগুম্বা অমা তৌই। ভযাবী—কোলেজদা ঐখোয মবী-মঙানা অমগা অমগা কৌনবা মীংগৌ রাহৈনি। ঐনা খঙগুমসু তৌবা তশেংনা নীংশিংবসু মান্নবা মওংদা লৈবতু উবদা মানা হাযরকখিবনি—

—ঐ মৈনোনে, মৈন সিংহ, কাউববো ?

—ঐ-মা ভযাবী ওইবে। কবি কাউকনি।

ঐ গাডীদগী কুমথতুনা খূৎ শোরুখি চেৎনা কোম্নখি। পুক্লিং ইনৌ নৌথোকখিবগুম তৌখি। হৌখিবা কোলেজগী থৌদোক অনী-মবী মবীদি ইশম শন্নদনা নীংশিংলকপগুম তৌখি। রাহং পাউহংনৈ। চুরুপ লাম্নে। মঙ-হাদৌনা, শোযতুনা লাকপনি মখোয়দা চঙ্ডুদবা য়াদে হাযতুনা কন্না তকই। ঐনা অকরুবা থবক অমা পাঙ-থোরুবা সবকাবগী যাথং পুতুনা লাকপনি ঙসিদি শাউবম্নু হাযরুই। মানা য়াখিদে। অকুবা তৌদবা যাদবা সবকারগী থবক অতু ময়েক শেংনা মঙং তারুবা মতুংদা মা খজিক্তি ইংথৈ অতুমকপু ফবে নঙগী থবক অতু অযুক-নুংথিল পাংথোক্লো অতুগা হৌবেল নুংদাং চাক চামিন্নসি হযেং হাযগৎলো হাযদনা মানা শীল্লে। হৌযদহৈ, নোং ফাদোকম্নু পোথাথোকপা বাযদেদহৈ খল্লি। (ঙবাং ইচানুপা অহল অতুনা মমান্নবগীদা পাটি যাওকনি হাযতুনা চৎখিবতুদদি চৎলমদাইদা কান্নদবদা মতম পাঙ্গল মাঙহল্লি হাযতুনা চৈবম্মী।) যাম্রে, হাযকই—

—ভযাবী নঙদি যাম্না নোইথোক্লেদা যাম্না চা-থরুমাল্লে।

—কৈনো চহী হুমফু তাল্লরুফাও লামচা ওইনা থৌশাখিদ্রো, লামচা! (লামচা হাযনা কৌনবম্ম। কোলেজদা নুংশি-নুংঙোন্দা মায ওনশিনবা নম্রগা মমান্নবশিংগী রাবীদগী মমান্নবীশিংগী রাবী-রাতাই-দনা হেন্না থরায যাওবশিংবু)।

ইবানি হায়নকুবা তৌদনা হৌনা মকা লান্না নোকথোকলুই।

হৌনা নোকথোকউবগা লোযনবকপা ড্রাইভব অমদি কেরাণীবোমদা হাইরপ যেংলুগুম তৌবগা ঐ শকফম খজিক হনজিল্লুই। মাদি থোইনা নাচুংখিদে।

মৈনো চৎথ্রে। ঐখোযনা পাম্মিবা য়ুম অত্থু তাকলম্মী। মাম্থু চৎমিন্নরুসি হায। ঐনা কান্নদবদা মতম মাঙনবনি নঙনা চৎকদবত্থু চৎলো ঐনা থোকপা তৌবা যাবনি হাযত্থনা থাথ্রে। পঙলাপম্থু লাপ্লমদে। লম্বৈল মত্তেক অত্থুদা খল্লবই— চন্দ্রজিনী। চন্দ্রজিনীনা মমান্নবী অমগা মাঙদা বিবি থৌবা মৈনোগা চাউমচাগনা তুং ওইবপ্পা থৌরুবা অত্থু শং শং উবকখি। নোংমা মানা নোং মবক্তা পুঙচোৎ চোৎনা 'ঙসিদি পীবম্মে ( চিথিত্থু )' হাযদনা অলেকজেন্দবনা ভাবত জয তৌরুবগা হল্লকপগুম সাইকল থমফমদা থৌজিল্লকপত্থু উবকই। কুমিৎ অত্থুদা ঐখোয মযাম মাগীদমক্তা হবাওবিখি, হাযনীংঙাই লৈতনা পেনখি। ( অত্থুগা হবাওখিবগা লোযননা মাগী লাইবক অমদি ফাবমবু ফজনা কল্লকউই। হাযবদি হাযরুদে অত্থুগা মানা তম্মবিবা পাউ অত্থ তানীং তানীংনা তানীংদবগুম্বা থওইনীংদবগুম্বা মওং অমা ফাওখি। ) লৌবুক লমহাংলোমদা যেংথোকলুই , নীংশিং-লকই ইবেলৈ। মযাম্না হাযনবা ইবেলৈগী তুংযান নীংশিংলকই। শাংলপ তাবা মাগী নাত্তোন, তঙাং তঙাংবা চীনবান থক-খা খদাংদা থুংবা মাগী শমক্রু তশেং তশেংনা উবকই। মাগী চাউদম শাংদম্বা শাবান নীংশিংলকপদা মাগী ভাংথক ঈবোযনবা. সাইকল থৌবদা লম্বৈলগী অতোং-অকুৎ খুদিংদা তাম্থা ঈবোইনববা মকা লাম্লবা থাবোন কল্লক কনজাওনা উবকই। অমুক অনীবক উন্নববা রানী

রাতাই কাবক কাবক শারবা মতু'দা এৈনা মরুপ অমদা রাফম অমা হাযহল্লুবা মানা যাম্না কোমনা লাইবিক তম্মিডৈ মমুংদা অতুগুম্বা থবক চথবা পামদে হাযবকপা নীংশিংলকই। মাগী পাউখুমতুগী মুংঙাইতবা ঙসি ফাওবা লৈবি। কোলেজ তম্বা লোইফাম্রিডৈদা মা লুহোংখ্রে হায়বা পাউ তাখি। লাইবিক লাইশু ফবা, ইনাক কৈবাক খুনবা সঙ্গ তৌবা ইমুংগী মচানি ইবেলৈ। ইনজিনিযাব অমদা যাম্না চাউনা হোঙখি। যাম্না হেন্না শাউনীংবা, নীংবা কাযবা মুংনাংবদি তৌখিদে। অতুগা কল্লকউবা অমদি তকশি মচা অমদি ফাওখি মরুপ অতৈদি থোইনা খঙখিদে অতুগা মৈনোদি হাইবপ খঙখিবগুম তৌই। চহী খবা লৈবগা মাগী মতৈ ইনজিনিযাব অতু মনীংলোমদা দাম অমা শাবগী চাং ককপদা নন্দুনা মখুৎ নাম্মা তেক্লে হাযবা পাউ তাখি। ইমান্নবশিংদা শোক্লিবা মাগী অমদি ইবেলৈগী মবাইবক্তী অরাবা মিনুংশিগা লোয়ননা পাউ তমখি। অতুগা পাউ তম্বা খুদিংদা থম্মোয়দা কল্লক পেনবগী মুন অমা থোকলক-খিবতুদি ঐ ইতোমতগী ইথন্তুগী ওইনা তৌই। (ঙসি ফাওবা মবক মবক্তা কল্লক পেনবগী রাকম অমা ফাওবা।) অতুগা দর্শন শাস্ত্রদা এম,এ, তম্বা মতাংদা নোংমদি, মনোবিজ্ঞানগী ক্লাসতা কল্লক পেল্লুবতু ইকায়রকখি। মতুম্মু ইথন্তুগী ওইনদা থোকখি।

—খুরাই'ঙো যুম অসি শোয়দ্রে মুপাতুম্মু লৈহৌই।

—ও, ফবেনে থৌজিল্লোনে।

—থৌজিনবদি মুংঙাইদৌ মান্দে।

—ফবে ফবে, ফাইল পুবকউ, খোঙনা চঙঙসি।

পীক্লবা লমজঙ অমদা চঙলকই। নোংজু পাম্বা হৌখিবা কুইববা ফাওবদা চোৎ-চোৎ লাওনা লৈবা লম্বেলনি, শা শন্না ময়াইদা চৎলগা মীনা মতাই মতাইদা চৎনবগী খুদম লৈবি। য়েৎলোম মাযবোমগী উ-রা নাপী-শিংবীনা নোংমগী মহুংদা হুংশা ফংবা মতাং শাংলমদবা যাবগী মওং উই। নৌনা থোকপা মফমনি অনৌবা রাখল অমদি পোকই অহুবু পাম্মুবা কল্লকউবদি লৈতে। মবক অসিদা নাক-যেৎকী অনকপদগী অবিবা মহুং চঙফমগী মনম অমস্থ খংনম খংনম নম্মকই। কুমালনা নাতোন খুম্না খুম্না কৈদৌঙেনো হুমিদাং অমদা যাইমনা পাখিবা খুঙ্গংগী পুন্সিবু শীংথাবা কবিতা অহু নীংশিংলকই—

( মমি-শামি ) মঙলৈবাক্লি খুঙ্গং খুঙ্গংগী মঙলৈবাক।
হুন্লি হৈনম লৈনম্না অতৎপা লৈতনা।
হানৌগী মনম্না জীব পুম্বা শুনহংলি।

...........

কবি অহুনা কলক্না মিতাঙখিবা হানৌগী লৈনমদা থাজহুনা অতাবা ঐনা নুংঙাইখিগুম তৌবনি। ঙসিস্থ কবিতাহুদি নীংশিংলি অহুগা কল্লকপহুমদি হান্নদগী হেন্না মমী শামথ্রে। শৈবেংহুগী ভাবার্থ অমদি ব্যাখ্যা শহবগী অখঙ-অহৈশিংনা ইবমগনি, টাউন অমদি সিতিগী মফমদনা স্কুল কোলেজ মশীং হেন্না লৈ। মহৈ-মশিং হৈবা নহাবোল অমদি মীয়াম অয়াম্বা শহববোমদা হায়গৎনৈ নত্রগা যামদ্রবদা থরায হকচাং যাওনা পান্নে।

শক তাক্লববা থৌঙং হায়নববা লোযননা সরকাবগী যাথং খঙহল্লবা মতুংদা থবক চত্থবে। মুরাদা ফম্মগা ফিশাফান অমদা

ফাইল সূই। খোমনৌবী শম্বী অমা তাল্লক্তা কারকই। মীবৈবাক্কী শঙ্গোম যাম্না থোকপী শননি। নোংমদা অহুম্লক শঙ্গোম সুম্মী অতুগা পুন্না নোংমদা কিঃ গ্রাঃ নিপান্দগী তবামাথোই-নীথোই ফাওবা থোকই হায। ঐখোযগী শহবদা পৌরাদা পৈশা ৭৫/১০০ অতুসু ঈশিংনা ৭৫%। শঙ্গোম মকুপ চামচ অনী গীদমক ইমৌ অহল অতুনা ইশুনুপা অঙাওবতু ঙসাই অযুক ফুহৌই। ফাইল মবক্তা খল্লুই—মসিমক্তং লৈববদি ইশুশিং ইচাশিং অতু মশা খংফ ফনিসে। কন্না হেক্তা পাম্মুরে। (শঙ্গোম থোকপগী মতিক মচিঞ্জাক চায হাযবদি কোন্না শহবগী শীগংনববা কোইলাসকী লম্বেন্দা চৎলবা কান্দা খল্লকই।) চা মতা চাদবদগী শঙ্গোম ওইনা শেম্মকখি। (ঐখোয অদ্বাইদনা শঙ্গোম তান চাদবদগী চাজম ওইনা পুথোক্লে।)

কুইনা নমশিন্দুনা থম্মকলবা থবক্লিনা পাক লোইশিনবা যাখিদে। অফ-ফত্ত তান্নবিঙৈ ওইগদবা ওইবোইদবা খন্নবিঙৈদা হুমিৎ চাযথবকখি। মকুপ মৈনো লাক্তুনা ঙাইববসু ঙাইহাক ওইবে। থবক মপুঙ পুঙফামক ফাত্রবসু শেমদোক শেমজিন তৌবগা তান অতুম্মক চাহল্লে। শেম্নবা ঙাক্লি শাজিন্নবসু কোঙ্গাযনি। ঙা'মা-হৈ'মা চানবা মচলনা রাখৈনবা শীল্লকখি। যাদবসু তাখি, য়াবসু তাখি। মকুপ মৈনোগীদা লাকখি।

মৈনোগী য়ুম মচু তাই, হোজং মঙং চুম্মী, য়ুমশা কৈশা হৈকোন লৈকোন মফম চায। খুঞ্জাগী মীওইনি হাযজবতনি লাইবিক লাইশু হৈবা মীবক তিনবা মকপ্লি। লোইবম্মিবা হুইজাও অহুমক্ত ফাওবা মীবোন তাই। ঐখোযবু তরাম তবাম ওকলম্বা মাল্লি।

চঙখিবদা চন্দ্রজিনীনা মচা-মশুশিংগা থোকলক্তুনা ওকলৈ। চন্দ্রজিনীগী ফীবম উবদা ঐ নীংবদি কাযদে হাযববু ঙক্তবদি ঙমদে। ঙসাইফাওবদি অহুঙৈ তনাপ তনাপ্পী, লাইরিক্কী খাউ অমগা মথন্নতা চৎকনবী,মমান্নবীশিংগা ফমিন-চৎমিন্নবদস্থু ব্রা ইঙাং ঙাংদবী, নোকমি-নোকমি তৌহুনতা লৈবী চন্দ্রজিনীহু ওইনা নীংশিংলুবি। অহুবু— অহুগা তৌবদি মাগী নোকপদা মমীৎ যাওবহুমদি অহুম্মক লৈবমলি।

—চন্দ্র, নঙগী নোকপসিমদি হল্লমত্রি। কদায, যাম্মেহৈ ইচাশিং ইশুশিং ওইবিনিনে। মথং মথং মিংগা ক্লাসবা হায়বকউ। কিথি-কিরুম তৌবা য়াওদে। মথং মথং তাকলকই। মশুনুপী ইতোনতোম্বীহুমদি মরৈ কযা তৎলে। মমিং মবোক্না চন্দ্রাবলী থোনবী হায। মমিং অহু হায়বদা 'চ' হায়রুবগা 'ন' গী নাতোন্দা ফনা কুইনা চিংহুনা ঙংই অহুগা 'র' যাওবমত্রে 'বলী' দা অহুম যৈপ্রে। মযাম পুন্না নোকই। মশক্তু কযা হেক হুংশিবে। তাপ পমখৎলগা মখজাইদা ওন্না-ওন্না চুপ্পী। ওয়থংবগীদা চুপ্পুবদা লাযথুনগী মনম উং ফাওই। পমখৎলুববগী তৌবনি থংথম থমনীংবনি। যেৎলোমদা লৈথোক্তুনা ঙাইহাক্তং পম্মগা কুইত্রে 'সে পুপু টাই লৌথোক্কে' হাযদনা থম্মগা অহুম পম্মুত্রে মাস্থু অহুম চঙশিনত্রে।

চাকলান্ন-মহী থকমিন্নহুনা ব্রাবী শামিন্নবা মতাংদা ঐনা হাযখি—

—চন্দ্র, নঙগী মৈনোসি মী ফত্তদি যৌইহে। নচা অস্থুক যাম্বসিবু ঐঙোন্দা অমুক্তফাও তাকলকখিদবা।

—মহুনি মরুপ ঐগী ব্রাকৎস্থু। নচাগী সোত্তিদা তাকলক্লবস্থু নচা অহন্দূগী লুহোংবদদি তাকলক্কনিদনা।

—তাক্কে খন্দ-লাক্তবদি নত্তেহে ভয়াবী। (নীংশিংলুদবদি অশেংবনি) মৈনো অশেংবা হাযবদৌনা তৌই—

—ভয়াবী ঐদি নহোয ইম্ফালগী মরুপশিং অসি কান্নদ্রে হায়দনা নীংশিংলুদ্রে। উসোবতা বার্ত্তোন তপ তা'খৈ তৌবে। অমত্তা লাকপিদ্রে। চাক যেনশাং কয়া য়াম্না লেম্মে। পোৎ মাংবগী রাদি লাযবদনা ঐখোযগী খুল অহুম মরীসিগী মমাঙদা মাব থমফম লৈতবনি। অমুক অনীবক্তি য়ুম য়ুম চত্তুনা তৌবস্বনি। হৌজিক্তি তোকথোক্লে। ভযাবীহোযগী ইম্ফাল অসি খাবে।

—"ঐস্থ ইম্ফাললোম্নদৈনিকো অহল।" —চন্দ্রজিনীনা মরক্তা হাযবকই।

—নঙস্থ যাওনা খাববনি ইবেম্মা।

—তৌহুকো ভযাবী। নোং মবক্তা নাফ ফুবিৎ ফৈজোম্ন ইচোৎ চোৎনা কৈনো পীবম্মে হাযদনা লাকপত্থ ঐ শং-শং উবিকো। ঐখোয় অহুমদি পূন্না নোকমিন্নে। (ঐগা লোযনবকপা অনী হুমদি ঐগী পোইবৈ যেংহুনা খজিক্তং নোক্লমদি তৌই।) চন্দ্রজিনীনা খজিক নোক্লগা লৈহুনা মহুংলোমদা খজিক যেংশিনখি।

মতাং অসিদা নাকনগী থোঙজাও অমা হাংদোরকই। যেং থোকখিবদা হ্লপীনচা মপুঙমবৈ ফাববা অমা চঙলকই, মতমগী ফিজেৎ-লৈতেংনা অযেংবা অউবশিংবু স্থমহৎলগে হায়বগী লৈখোন হাইবপ চঙই। মৈনোনা শকতাকলকই—

—ইচাহুপী ইতোন ভোম্বীগী হেক মথক, স্থনীতা।

'নমস্তে পাবুঙ' হায়হুনা চঙলকই। ফম্মে।

—ঙসাইমখৈদি কদায' লোৎলুবে ইবেম্মা ?

—লোৎপা নত্তে পাবুঙ, ঐখোয' খুন্দা অঙাং মচাগী স্কুল অমা লিংথৎলিযে। মতুগী শঙ শানবা ফগু থোম্মুবা। লীলা অমা তেংবাং শো ওইনা উৎনবা থৌরাং তৌবিবা।

—এ, যাম্না ফৈ। নঙস্থ নপাদোনা সমাজ সেবা তৌদৌরিমাল্লে।

—খঙদে পাবুঙ মসোমদা হৈনবোইনা তৌবি। ফনবু ন্থংঙাইবি।

—যাম্না ফগ্রবা রানি। (খল্লি--ন্থপীনা মযাম তিন্নবা হৈনবক্লবদি রা অমদি মবৈবম্মনি, অস্বাযদদি ফবিত্রা ?)

—ভযাবী মসিমদি খঙদে, কদোম থোকঅদোযনো। য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতে। হা লীলানি, স্কুল শাবিবনি; নেশা থিংলিবনি হাযদনা পঙচত্তা চৎলি।

ঙাইহাক রাবী শাবম্মগা. চান-থক্লবা তৌবিবত্থ যাওকুচো ছায়দনা মশানা হাযবদগী চঙগ্রে। য়েংবা ন্থংঙাই চুঙ-ফীরান চায, তুংযান তাবা যাম্নমক ফজে। রাবী মন্থংদা খলহৌই— উম, ন্থপী-মচাসি চঙখোল্লিসে! যাম্না চম্না উই। চৎপা শাজৎ অমদি ফীজেৎকী মওংদা হৈশিংবা মওং অমা উগে তৌই। মতুংলোমদা যেংবস্থ ফনা ন্থংঙাইনা থোকই। খল্লুগুম তৌই— মসিবু কদোমদা কনাদা থোক্লগবা !

চাক ময়াম পূন্না চামিন্নে। মমাগা স্থনীতাগনা ছাপতোক হাপচিন তৌই। চন্দ্রজিনীনা হংলকপা অরাৎ-অপা খুদিংমক ওক্লবনিনা যাবে লোইনা ওক্লে, লেম্বা পাম্মুই হাযত্থনা থিংই। স্থনীতানা পুরকপা ঙা মরু-মযাঙ ঙৌবত্থদি থাদহল্লি। মানা

লুকথবগা হৈবোই হৈতবোই হাপ্লন্থ যেংবা মুংঙাই চাক চঙবা মথেল ওইনা থোক্লম তৌই। মপা-মচা ঙাক্লি হাযবগী মওংদা ফুবিৎ মকক অত্থমগা নোমজেন চেন্দুনা লুকথ-লুকথ হাপ্লন্থ যেংবদা মুংঙাইবা পোকই। (মহোয অনীগীদি খঙদে, খনবু খল্লুদে, কোম্নথংদা নীংশিংলকপগী রানি।)

চাক তোক্লগা মযাম ফনা কুইনা ফম্মিন্নন্থনা রারী শাই। থেঙজিল্লক্লবদা অতৈদি তুম্নখ্রে, সুনীতা মমা মচাগা ভযাবী ঐখোয অনাগদি মখা তা-না ফমথ্‌হৌই। অকুবা রারী কৈস্থ লৈবা নত্তে, ঐনা তুমদবন্থদা মহোযস্থ তুমদবনি অন্থগা সুনীতানা ইতুম তুমনাংবা মওং উদবন্থদা ঐস্থ ফমথবগী রাস্থ মাল্লি।

তুমলমদাবদা চন্দ্রজিনীনা ঐগী ঈশিং গিলাস অমা পুন্থনা চঙলকই। মচানুপীন্থ ওইববোই নীংলুই। নীংবা কাযবদি নত্তে। ঙাইহাক্তুংগী রাবা মতেক অমদা মানা হংলকখি—

—তাদহোযদি মুংঙাইবেদা, ইচাশিংস্থ লোযনা থবক অচাবা অমমম পাযবে হায। নহান নোংমদি, ফনা কুইবে, ইথা থাজদনা ঐখোযগী কৈথেল মচা অসিদনা ইচে ইবেলৈদো থেংনৈ। মাদি কযা মুংঙাইনা উদ্রে।

—মচা অহন্দু ডাক্তর ওইববনিনে। কৈদৌনা মুংঙাইবোইদৌবিবা।

—মচা অনী অমদি ওক্রুমাল্লেনে, য়াম্না মুংঙাইতনা তমলম্মী। লুখ্রাগা ওইশিল্লে মচানগা—

—ঐ-মা! মাই মুপান্থ শিবে হাযব্রো?

—ফনা কুইবমাল্লে।

—ইহে। ওম্বোকপাইহুনি।

ন্নারীগী ওইনা ঙাইহাক ন্নাবিরুই। তূম্বা যাদবা মঙ-হা ইচোই চোইবগী ন্নাদি যাওদে। অহীং অহু যান্না হুংঙাইনা পোখাখি।

অয়ুক অহু ঙস্তা, আদা ওফিস কাবা নংলুনবা হাযহুনা থৌন্নাং তৌই। মখোয ইমুং হুপ্পনা চাক চাবগা চৎলো কৈদৌযে'গে হাযদনা থাম্মী। ঐখোযনা যাদ্রে। শাগদবা ন্নাবী লৈশিল্লক্রে য়ুমদস্থু ওফিসতস্থু থবক্কা যাঙ্গোল অমা লৈহৌই। মখোযগীস্থু থবক মথং মথং চৎনগদৌবগী মখোঙ থাঙ্গৎনবে। মবেক মহাও য়াওদনা ইকং কংনা মতম লেনবা ওইনা থোকদৌবগী মওং খবা খবা লাকপা হৌদৌবে। মকুপ অনী, ইচাশিং, ইমৌশিং ইস্থূ অপীশকশিং অহুগা বিদায তৌনবে। ইতোন তোম্বী অহুদা পৈশা চোমলপ্পা পীবম্মী। (পমদি পম্মুদবে চুপস্থু চুপলুদবে।) নাক যেৎ যেংলগা ঐনা হংলুই—

—ইচা স্থনীতাদি উদেনা। হৌগৎত্রিব্রা?

—মাদি মম্মিঙৈদগী চৎপ্রে। হন্দক্কী মহোয লীলাসিদি মহালীলা তাদৌবিব্রা কৈনো ভযাবী।

—(মশকনে মতৌনে মেলাদি শোয়দ্রে) ইচাদি মাঙডোইকো লেম্না।

—নঙ মঙাইবেহৈ মাগী মীচঙদা লৈবিবসি।

—'সিনিনে ভযাবী গুণদি গুণতনা খঙবনিনে।

গাডী থৌবক্লে, মযামহু লৈহৌবে। খরা চৎলগা লৈবক্তগী সোবোক লমজাওবোমদা লৈখৎখিবগী অদ্বাযদা মখোয় লৈশাবা পাখঙ শঙ্গু অমা চৎলম্মী। স্থনীতানা থোক্লক্ক্নুনা গাড়ী থাম্মী।

মপা চপ চানা গাডী থাম্মী। থোঙ হাংদোকপা নংত্রিভৈদা মানা থোঙনাওদা মঙক লিৎশিল্লক্কু না—

—পাবুঙ যৌবিবদোইবো ?

—য়ৌবগে ইপা। ফরেদা ইচা উন্নবা। অতৈদি লোইনা উন্নবগা নঙদদি উন্নবমদ্রে হায়দনা সুংঙাইরমত্রবনি।

—ফবে। অদু পাবুঙ মবক মবক্তা হাইথবিবকউ কৈদৌগে থুঙ্গং-সিঙ্গু মনুংঙাইবনিদা।

—ইপাদি থুঙ্গংনা হেন্না পামজবনি। (ঙবাংগী মনমদু নীংশিংলকই।)

পঙশাং শাংনা উন্নদ্রে। বিদাই তৌনবে। বিদাইগী লোই-শিল্লকপা মতাংদা রাগী মতাং অমদি ফিবমগী মওংগী থোইনা থল্লুবা তৌদনা চিংনবা কোঙ্গাই 'পাবুঙ' দা থৈদোক্লগা রাই-রাই তাবিবা লরাইগী শমদা সুক সুক নৈরুই, হাইথবকপদা মথক্তাই যেৎলোম মাযবোমদা নানবিরুই। মা হবাওনা লৈহৌই। এ্রৈ মকা লামনা লাকই। চেৎলকপা লমশাংগী থোঙাৎ অদুদা নরা উবকপা ঙকশম-তাবা হেক হেক উবকই। হেন্ননা মযেক লানা উবিবদি কালেন নিংথম লোন্নবা অয়ুক্কী তবা তবাবা নোংফাইনা অহোযননা মঙাল তাহল্লবা তমলমদমগী নেমনেম্না তুমখৎখিবা চীংদোনশিং অদুনি।

ককচীং, ১৯৮২

# খূৎশাদা পল্লুরবা সরগম্

—ওজা থম্বালদি হুপীদা ঈশৈ তম্বীদে হাযনে ইবেম্মা।

—কবিগীনে'গে ইমা ?

—মবম থোইনা হাযবক্তে, মাগী ছাত্র অহল অমনা হায়রকপনি।

—ঐগীদি সিতাব থোংবনি ঈশৈ শকপত্থু নত্তে ইমা।

—হুপীমচাদা অমত্তা তম্বীদবগী য়ানি।

তাবদা ঐ ওজা থম্বালবু খংনুং হুংশিবক্তে। হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙ ফাওবদা লৈবম্বা হুংশিবা, ইজ্জৎ অমদি ইকাযখুম্নজবগী মওং চাং খংহন হম্বকই। মঙোন্দা থমলম্বা ঐগী শ্রদ্ধা শাউনীংববোমদা লৈশিল্লকই। খল্লকই হে-বা। মা নত্ত্রবদি লৈত্রবো !

ঐনা ভাব খবা খবা তাবকপদগী হৌনা ওজা থম্বালগী মমিং তারে। মানা শকপা ঈশৈ কযা হাকথেংননা থৌরম কযাদা, রেডিওদা, রেকোর্ড প্লেযবশিংদা হন্না হন্না তাবে। পামজনা অমদি হৈনজনা তারকপনি। (ঙসি ফাওবসু তাবি।) যন্ত্র খুদিংমক সুনা হৈ হাযনবা ওজাগী গুণনা লৈবাক অসিগী ঈশৈগী লমদাংদা ওজাগী ফমফম চাউনা পীনৈ। মঙোন্দা তম্নিং তম্নিংনা তম্বা ফংখিদে। মহাক্কী সেবোক অমদা পামজবা ফোঙদোকহল্লুবা মতাংদা শোনবোই কবিবোই হাযরকখি হায— 'হুপীমচানবু কদায য়োবা ঙমনেবগেনে ! লাইরিকতুম কন্না তম্মু হাযয়ুদা।'

কবিগীনো মানা হুপীবু অস্থক তাথীবিবা। হুপী থিদবা মচা-মগু লৈতবনা মানা হুপীবু উশিত্তবা জাৎলা। হুপীবু মানা মী ওইনা খন্দবা জাৎলা! হেবা মা খঙনিদনা। নোংমা নত্রগা মোংমা মা খঙ'নেবা।

পুংকক্তা চাউবল্লিবী মী.ৎ ফাওবা মওং চুন্না পাঙবা হৈত্রিবী ঐগী শীংন-রাখন্নি। শাউনীংবদগী পঙখন খল্লুই।

পামজবদগী অশংবা মতাংদা, মবক মবক্তনা থবক কযা যৈথোক্তুনা ইশাবু শংহন্দুনা ওজা অমদা তমজকুই। মথৌ চিনবা থবক মফাং মফাংবা ওজা ইবুঙোনস্থ মাযপুননা তম্বী তাকপিবা ঙম্বা নত্তে। ওজা ইবুংঙোনা তত্তনা হাযবি—

—ইবেম্মা জান্ধবী, ঐগা তত্তনা ফম্মিন্নবস্থ শংদে। ঐনা হাযখিবা মীওই থবদো, মহোযনা শকপা, মহোযনা খোংবা মখোযনা যৈবা, খৎপা পূন্নমক মুন্না মুন্না তাহৌ মখোযগী মতুং ইন্দুনা খোংহৌ।

ওজা ইবুংঙোনা হাযবিবকখিবা মীওইশিংগী মতুংদা ওজা থম্বালনা অনীস্থবনি। মহাক্কী মমিং পল্লকপদা ঐ তল্লপ তৌরুই। অহুবু মাগী বেকোর্ড পূন্নমক লৈশিন্নবা লাক্লে, মানা শক্লকপা খুদিংদা সিতাব লৌথহুনা মতুং ইন্নবা লাক্লে: তাকববা মতুং ইন্নবা লাক্লরুবা অহুগা ইথনতা ঙাইহাকস্থ হোৎনজকুববা মতুংদা শাউনীংবহু নীংশিংলকই। মহাক্কী বাগহু নত্তবা অতোপ্পা অমা খোংনবা লাক্লে। অহুমকপূ খোয়জংবা যাদে ওজা থম্বালনা শকখিবা বাগ অহুগী শৈহেক-শৈদা নাকোংদা ঙংহুনা লৈ। খূৎকা পুক্লিংগা মান্নদবনা স্থর ইচা চাদে। অহুম্মক থাদোকপা তাই।

চহী খবগী মতুংদদি শাউনীংঙম্বত্থদি ফগুম তৌগ্রে অত্থগা হে-বা হাযবা অমদি লোযরোইনা কুক্তৎলকপগুম তৌই। পল্লুবা হাযরুবা য়াবা রাগি নত্তে। ইমাদদি খজিক খজিক ফোংদোকলুগুম তৌই। ইমানা হায়—

—অহল অসি লাইমা ফত্তে! নুপীদা ঈশৈ তম্বীববু কৈদৌযে'গে। মচৎ অসিননি মযুম পানবা ফংদ্রিবসি।

—অত্থমক্তি নত্তমাল্লে ইমা, মা মশানা পাল্লোই হাযদনা পান্দবা ওইবমাল্লে।

ইমাম্সু রাফমসিমদি যাই। ইমাহোযনা লৈশাবী পুঙ্কক ফাবকপগী অত্থদগী হৌনা নহা ওইনা মযান্না শকখঙনবক্লবা ওজা থম্বালনি। কবিগুম্বা মবম অমদগী মশানা পাল্লবোই হাযদনা পানখিদ্রবনি হাযনা তাই। ওজা ইবুংঙোহোযনা রাবী শানবদা হেক হেক পন্নবদি— ওজানা যান্নমক খোযদাজবা লীলা-পালাদা থরাই যান্না যাওবা, জগোযদা যান্নমক হৈ-শিংবা কনাগুম্বী অমা লৈবম্মী। মানা মপান্দা মহৈ তমথবা চৎথ্রিডৈদা কনাগুম্বা খবনা ফাবোই চিংবোই তৌত্থনা কনাগুম্বা অমদা লুহোংখি। নুপী অত্থ অঙাং উন্নবগী মতাংদা লৈখিদ্রে। ঈশৈ শকপী খবনসু অতোপ্পা রাবী অমা লীনৈ। খবা অমনসু মানা মানা থোকপা খবা অত্থম্মক ঙাংনৈ। লোয়না ইচা চানবোই নীংই। অত্থবু তাংদাংবদি খঙলুবা ঙমদে।

নুংদাং অত্থ ঐ ওজা ইবুংঙোগী মতুং ইন্দুনা থাপ্লবা খুঙ্গং অমদা চৎলুই। খুঙ্গংনি হায়বত্থদা ইচম চম্না খল্লুবত্থ মফমত্থদা শিল্লম্মীবা

তিল্লম্মীবা মযামহু উবদা ওনবা তাখি। মফমহুদা লৈবা মযাম্না অহানবা লিংখৎচবা ঈশৈগী কোলেজ অমগী অহানবা চহী ওল্লকপগী স্নুংঙাইবা হবাওবা ফোঙদোকপগী থৌবম অমা পাঙথোকপনি। কোলেজ অহুগী ওজাশিং অমদি ছাত্রশিংনা যম্ন অমদি ঈশৈগী থৌবম খবা পাঙথোকপ্রবা মতুংদা বার্তোন ফংহুনা লাকপশিংগী ওইনা খরা অমুক চথে। ওজা নহাবোল খরা শকপদা, ওজা ইবুংঙোনা তাকপিবদগী, ঐনা সিতাব পায়খি। ঙাইহাক্কী মমাঙদা ঐগীস্নু থৌবম অমা পাঙথোকখিবদা ঙাইবি নহাবোল মযাম্না হৈনবা, মতমহুদা কন্না চৎনবিবা ঈশৈ অমগী স্নুবদা খোংঙুবনি। নহারোল মযামগী খুবাক তাবদা থম্মোযদা ইপেন পেনখিবা ঙাইহাক্তা ঙাইবি-ঙৈদা হাযবকপহুদা ঐস্নু হবাও হবাও চঙহুনা মতুং ইন্দুনা খোঙলুবনি। ওজা অমগা লাম্বা পাবোই কবিবোই চথবিঙৈদা মাঙগী ওজা মযাম খজিক মবাং মবাং তৌবম্মগা মবি মবি থোকখি। ঙাইহাক লৈরগা মযাম অমুক মবি মবি চঙলকই ওজা থম্বালবু ভক্তিগা লোয়ননা পুশিল্লকই। মাঙগী অখন্নগা থাবিবা ফমফম অমদা ফম্মে। উবমক্তা পুক্লিংদা খজিক থকচানখিগুম তৌই। মাঙদা যাম্না চীংলেম্না ফমহুনা মুন্না যেংহুনা তাববা অহুদা সবগম শেন্নবিবা ওইগী খুত্তু খোঙয়াঙ খজিক চোইগে তৌখিবনি। ফাজিন্দুনা ঈংনা ফাথকই, কাযহনখিদে। শক্লিবা ওজানা হৌরুববা বাগ অহু মপুঙ ফানবা শকখি মতম ফনা শাংনা লৌখি।

উচিন নাচিন্না লোইবে। শক্লিবা ওজা নহাহুনা হৌগত্তুনা চেনথখিহুনা ওজা থম্বালগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মুই। ঐনা সিতার

থম্মগা তপ্না হৌগত্তুনা ক্নমথগে তৌবকপগী অহুদা ওজা খরগা লোযননা ওজা থম্বাল কাখৎলক্লে। কোলেজ অহুগী প্রিন্সিপাল অহুনা তবলা পাযবরে, মীবুপ খবদংগী মহুংদা যন্ত্র পায়বা ওজাশিং খবস্থ মবি মরি লাক্কুনা ফম্মরে। ইকোয় কোযনা ফম্মবে। ঐ থোকপা নংহৌবোইদৌগুম তৌবে। ফুক হৌগৎলকপগী অহুদা ফমবিববা ওজা থম্বালনা মোমোন তৌনা হায়ববখি—

—ইবেম্মা ফম্মু ফম্মু। অহুম পাযখো কৈনো।

ঐ শ্বায লাওই। খূৎ লোন্নহুনা 'ওজাবু ননাই ঐদি ..... ' হাযনা তনিক তনিক্না হৌবকপগী অহুদা ওজা ইবুংঙোনা তুংলোমদগী —'ফম্মু কৈনো পাযখৎলু।' হাযবকই। হন্না যেংথোকলুবদা মযাম পীক থন্না ফমলম্মে। কোযরুব কোযরুব যেংলগা ঐস্থ ফমথবা তাখি।

চিংননা হঙ্গোইনা ফমথখি। তুংদা যেংলুই মশক খঙবা অমদি খঙদবা ওজাশিং ফমলম্মী। ওযবোমদস্থ ফমলম্মী অযাম্বনা ওজাশিং ঙাক্লি। যেৎলোমদা— ওজা থম্বাল চীং লেন্না ফম্মী। যেংখৎলুবদা শ্বায লাউগুম তৌই। ঈশৈ হৌগদবগী মযাম তুমিন তুমিন লৈহুনা শেম শানবক্লে। অহু ফাওবা খল্লুই— ঐবু থোকপ্রসিবা? থোকখিবনা ফবোইদ্রা! ঐবু কনাগুম্বা অমত্তনা কৌথোবক্লবদি ফগ্রনিদকো! ঐবু থোকহৌনবা তৌহৌসিবা?

খল্লিবৈঙদা খঃহৌদে বাসীনা শৈহৌবকই, তুংলোমগী যন্ত্র য়াওবকই, ওজাগী তুং ওইবপ্না তানপুবাস্থ কাপ্লকই। ঙাইহাক্কী মহুংদা ওজা থম্বালনা ঈংনা তপ্না আলাপ হৌবকই: ঙাইহাক্কী

মন্নুংদা অকক্লবা বাগ অমদা শকপা হৌবকই। তপ্পা তবলা যাওবকই হাবমনিযম ইল্লকই, বাসী তপথখি। ঐগী সিতাবম্ভু ইন্দবা যাদে মতাগুম যাওরুই। যাম্না শোম্বাংননা ওজাগী স্থব, লয় অমদি তালদা তুংইননবা হোংনখি। কায়খিগদ্রা হাযনা ঙম্মীব'খৈ চেকশিনজরুই। তুংলোমদগী যাম্না নক্লা ওজা ইবুংঙোনা হাযরকপা তাই —

— কবিগীনো জান্ধো অত্নক কিনা খোংঙিবো ? নশাত্থ রাই শংনা খৎপা যাদ্রো।

ঐ মীৎ-না খজিক শিংলকপদোনা তৌই। ইতাউ তাউবগী মওং অত্থ ফাধত্নুনা লৈতানবা লাক্নৈ। ওজা থম্বালগী ঈশৈগী ঈচেল খজিক যাঙখৎলকই। মান্ননা চৎমিন্নবা তবলা অমদি তুংইল্লকপা যন্ত্রশিংস্থ যাঙখৎলবকই। ঐস্থ ইন্নৈ। ঙাইহাক্কী মন্নু'দা ঈচেল খবা অমুক যাঙখৎলকই। মযামগী স্থব পূন্না যাঙখৎমিন্নবকই। মবক অত্নদা তহা তহা হোৎনবদা 'গ' দা নমগদবা খূৎ ওযনা 'গ' কোমলদা নম্মুবমাল্লে। যন্ত্রশিংগী অপুনবা স্থব মবক অত্নদা থোইনা কাম্নদমাল্লে খল্লুববম্ভু ওজা থম্বাল্লোমদা খংযেং যেংখৎলুই। ওজানা পুক্লিং চঙনা ঐঙোন্দা খজিক যেংলকই অত্নগা মীৎচীনা ইঙ্গিৎ অমা তৌবকই। ইঙ্গিৎ অত্নগী ঐনা খঙবা অর্থগী মতুং ইন্না চেকশিনবগা লোয়ননা খূৎখৎ খরা কলহন্দুনা হৌগৎহল্লি। ( অশেংবা ওজানা তাকপিবনা খবা তপথনা যাম্না তপ্পা খোংনবা হায়বা ওইবম্নে।) মিপাইবা অমগা লোযননা হৌনা খৎলুই। ওজাগী ঈচেল খবা অমুক্না যাঙখৎলকই। ঐগীস্থ খজিক অমুক্না কনখৎগ্রমাল্লে অতৈ যন্ত্রশিংবু নমহত্নুনা

সিতারগীদা তাবকপগুম তৌখি। ওজানা লৈহ্নুনা য়েংলক্লগা লযগী মতুং ইন্না তাল ঙাইবগুম্না লৈখি। মবকসিদা সিতাবগী মখোন্তমক লৈখি।

ঙাইহাক্কী মহুংদা ওজাগী শৈশক্কী ঈচেল হেন্না য়াঙশিল্লকই। তবলাগী তান্থা মতুং ইল্লকই। ঐগী সিতাবস্থু চান্নবা হোৎনখি। হেন্না হৌখিবনবা নত্রগা মবক্তা স্থুব খজিক কাযবা য়াওখিবনবা ( ঐদি কাযখিদমাল্লে খল্লি ) ওজা থম্বালনা ঐঙোন্দা তপ্না লৈশিল্লকপগুম তৌখি। ঐনা খজিক যেংখৎলুবদা মহাক ঐঙোন্দা অমদি ঐগী খূৎখত্তা মুন্না যেংহুনা লৈবম্মী। ঐ হেন্না মিপাইবকখি হেন্না চেকশিনজখি। ওজাগী ঈচেল অমুক্কা যাঙখৎলকই। ঐগী সিতাবস্থু মান্নবা খৎখি। মতাং অসিদা ওজা ঐঙোনলোমদা পুমওন ওনশিল্লক্লে। ঙাইহাক্কী মহুংদা ঈচেলগী খোঙযাঙ অঙকপা ফংনা হেনগৎলক্লে। ঐগী সিতাবগী খোঙযাঙ তপতি তপথদে হায়ববু মমি খজিক শামলকখি। স্থুব মপা লাক্তুনা নম্লিবা ওয থংবা খূৎ অহুদা মীৎনা তান্ন-তান্নহুনা যেংলগা কাযখিদনবা ইনবা ঙম্নবা কন্না লাক্লকই। মবক অহুদা ওজা থম্বালগী মায়থোঙলোমদা খজিকস্থু যেংলুই। ওজানা মীৎ উইশিন্দুনা ঙংলম্বদগী ঐঙোন্দা শংত্রিক যেংলম্বা উরুবদা ঐগী থম্মোইদা মিপাইবা হেনগৎলকই। মথং ঙাইহাক লৈবগা অমুক যেংলুই। ওজানা মঙক কাইদ-কাইদ নোম্মহুনা যেংবিবম্মী। লোযননা ওজাগী খোল্লে অথুবা তাললোমদা অকনবা ঈচেলগুম অমুক্কা থংলৈ লৈশিল্লকই। হেনগৎলকপা মিপাইবগী মিহুল অহু ফাধগে হাযনা খল্লুবা শংদে। মরক অসিদা

ওযগী খুৎশাশিংদা নাবা খংফাও ফাওবকখি। খল্লুবা যেংলুবগী মর্তম ফংখিদে। লাইবক্তগী মবি-মবি তাবকপা হুমাংগী ঈবিক খজিক তৈথোকলুবগী রাফম নীংশিংলুদে। ওজাগী খোল্লৈদা ফুযনা হৌবকপা কুমদম নোংখোংগী শক্তম চেন্নবি, নাকনগী তবলাদা পাক্তক্লনা হৈথবকপা লেনগী মওংনি। ঐগী সিতাবস্থু হুংশিংকী ঈপোমদা তুংইনখি। মমৈথংদা ওজাগী ঈশৈগা নাকনগী তবলাগা চপ মান্নবা লেপখি। ঐস্নু সিতারগী অরোইবা খুৎখত্তা থমখি।

হেক লোইবগা ঐনা সিতাব থোক থম্মগা মথক অহুদা মায খংউপ উপশিন্দুনা লৈরুই। মযামগী খুবাক মখোলদা তানা-তানা খোযজঙলুবা ঙমখিদে। অস্নুনা লুকথহনা তুমিন্না লৈবিবৈদা কনানো অমনা ঐগী খুৎ ওযগা যেৎকদা লপলপ্না পাযশিল্লকই। ঐনা তপ্না যেংখৎলুই। ওজা থম্বালনা মাযথোঙ মকা লামনা মোমোন তৌবগা তবানা মবী-মবী যাৎথৎখিবদগী ঈখেঙ শিন্থরবা ঐগী খুৎ ওযবু কাযদ-কায়দ নানবিহনা লৈবম্মে। খাম্বা ঙমহৌদ্রবা ঐগী পিবাং মবক অহুদা খঙহৌদনা ঐহাক খোঞ্জেল থোন্না কপখি, ফনা বুইনা কপখি। ওজা থম্বালনা বৈক্তা তপ্না তপ্না নাস্থবিবকখি।

গৌহাটি, ১৯৮২

# নোংথক খোংনাং

তৌখিবা স্ত্রাইক অসিনা, থিংখিবা কৈথেল অসিনা মহোয' মবেনধোগী অউন-কৈথেন্দু ঙাযরে। ভারত-বামাযনগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা ধর্মগী লমদম অসিগী কাচিন অমদা নভ্রগা অমদদি মওং অমদা নভ্রগা অমদা বন্দ অতুম্মক মবৈবে। সবকাবগী কবফ্যুগুম্বসিনা অমুক নাকচাবী তৌবি। বন্দ মযাম মবক অসিদা যাদবদগী পামদ-পামদনা ইচা অসি হন্দক্কী থোক্লক্কদোবিবা অসিগা মাপন শুশিনপ্লে। যাইফ-যুম্বালগা বন্দগসি যান্নমক শাথিবা যেক্লবগী মবী লৈ।

থা লোইবমদাইদা স্ত্রাইক মাযোক্লকুবনা বিল শাবা লোইহৌদ্রে হাযদনা তাং অনী অসিদসু তোলোপ পীবক্রে। থিল ব্লার্ক অতুদা হন্দক্কী লাইচত্তা যাওখ্রসনু হাযদনা শোল্লম্মগা চান ইফক-ফক্লদনা হল্লকই। যুমদা হেক চঙখিবগী অতুদা যুম্বান হৈবী লৈমনা মোমোন মোমোন তৌবদনা তবান্না ওকপগী থৌবম চত্থবকই অহৌবা থাগী মাগী খোযকুম মোমোন অসি মঙাযরে ঐনা উবা মাগী মোমোন। তাং মবী-মঙাদগীদি অযুক্কী চাদগী মাগী মচীন্না শোবা অতুম হাল্লে। ফমফাগ্রি হান্নবা লোন্দুনা থনম্মবা, নেকোতিন মপং ওল্লবা চা অতু লানশিল্লকই, নক্না ফম্মে তহা-তহা হংলৈ—

—পাউ অমা তাববা?

—কবি তাদনি, পাউবু তাদে'ব্রো! তায!

ঐনা তুবৎ ককপগী মওং অত্থ মা থোইনা নাচুংদে। মবুক অত্থ পুবদনা খজিক অমুক চঙশিন চঙশিন্না হংলকই—

—অওইবনে তাবব্রো ?

—অওইবনিনে। ঐ বিল কেবাণীস্থ নত্তে, সেক্রেটরীস্থ নত্তে, মন্ত্রীস্থ নত্তে কৈদৌনা ওইদবা ঙাঙভুনি। তারে।

—কবি পাউনো ’হুদি হাযু হাযু মান্নব্রা যেংগে। সে ?

মবুক কংগনবত্থদা হুংশিরুদ্রবনি। হুমিত্তু মানা কেবপকা তৌবকপত্থদা ফনবু হুংশিকবে। কযা হৈফাত্তবা মীনা শাবা খোন (পুঙ) মানবা ফাবম অত্থদা শত্রিক য়েংলগা নেকোতিন মপং যোৎন-যোৎনা হাযরুই—

—এ মবাক চুমত্রবা পাউদানিহে। ১বা, সবকাবগী লোযশঙদ ফাইল অস্থম অস্থম রাংখৎলকই, ২বা পাউনা বাক্তাবদা মোবেগী পোৎক। মমল চাদা অমা হন্তদোবে, ৩বা, শীংজমৈদা সনাগী মমল ।

—তু তৌবক-এ মাই হৌনবা। অত্থ নত্তেযে ইবুঙো। নোংথক খোংনাংগী রানে, নোংথক খোংনাং খঙবো।

নোংথক খোংনাং। তাদে। তাদ্রি। খোংনাং ফৈদেকপী তাবে। খোংনাং হোগাযবী— ওঙা অমর্নানা লিবিখিবদগী তাবে ; সত্তা খোংনাং— মৈকির্বাগা বোন্নানা তারে— উবস্থ উবে। নোংথব খোংনাং হাযবসিমদি তাদ্রে। তাবে হাযজিন্নবগা রাখৈথোক্লগে খল্লুবত্থ যানাংঙক্তরে। যান্না খঙনীংনা তৌক্তদাস্থ ইকাযবপ চারে। হংলুই—

—খবদি তাগুম তৌথ্রে অহু কৈদোবা ? করি হাযনবা ?

—মশেমলা মবৌবা কৈনো হাযবিয়ে, নীলাম লাউরনি হাযবি হাযনৈ।

—কৈনো নীলাম লাউদৌবিবো ? পাৎলা অনারকলীবো ?

—ইহে। হাযবিমক্তদা হযাহে হাযহুনিদা। হো খোংনাংদো লাউদৌবিবা। নোংথক খোংনাংদো।

—ও ! অহুম্না মযেক শেংনা হাযয়ুদনা। অ, কদাযদা লৈবা নোংথক খোংনাং হাযহুনা ?

—অহুনে, ঐনা খঙদ্রিসে। নঙ তা-লাকপ্রা কবিনো কদাইদা লৈবানা কমদৌবা জাৎনো তানীংবা।

—অস। হবে হবে। নঙগী পাউ অসিদি। মঙদা শামুনা তানবগী পাউদাদ লৈহৈ পাম্মুবা ইনেমমচা। সে ঐ রা হায়গে মদো, মহুগুম্বা পাউদাদো, হাযবদি সবকাব শেম্মে, কায়বে ফোৎলে তুপ্নে তৎলে হাযগুম্বা, চেঙ হোংলে, চীনী ফংঙে বিলামাতী মবাং কাযবে হাযনা লাউবগুম্বা, অসিগুম্বা পাউসে সনালৈবাক অসিদা পাউথী কৌই। তাদবা যাদবগী সোরোক্তা ভ্রম শুনবগুম্বনি তাদি অহুম তাববসু তম্মু-লাকউহু। ঐঙোন্দদি কনা নত্তে সতী মতৈনি হাযদনা তম্মে কো, নচাশিংদদি তম্মুহু ইবেম্মা, পঙনোক হেক নোকশিনবিবকঅগা নথরায হুংঙাইবোই। চো-চো চাক মৈ থাগৎলুবো।

রাফম অহু অম্বুরাইদা অহুম লোইশিনবদা লেপ্লখি। অহুবু ঐখোযনা চাক চারিঙৈদা লাইবিক তম্বা কুম্মকপা ইচাহুপা অহল

অহুনা মনীংথোঙলোমদগী হুং লীংশিল্লকপগা হায়রৈ— এ। য়াম রাংঙেনে মহোয দোংথক খোংনাং হাযহুদি।

—কযাম রাংঙেগে?

—য়াম রাংঙেযে। কৈনো খোংনাংনিদনা। ফনা রাংবা তাবনি।

—চাউস্নু চাউযেব্রা ইবুংঙো?

—চাউজাংনি ইমা। মানা খোংনাংনিনা পীকফমদি থোক্তবা।

— হোযনে মনা গাকতু পুঙই হাযনে।

—মশাস্নু ফনা ফজনা লোঙবা জাংনি।

— মবাস্নু যাম্না চংলমগনি।

— চংলজাংনি ইমা। ফজব-জাংনিদা শাথীনা। যেংবা যাবজাংনি।

মমা-মচানা শাবিবা রাবীনি। ঐ ফনা বুইনা রা ঙাংদনা তাহুনা লৈ। মখাঙদা ইযান যানবা থেংনবক্রুবদা হংলুই—

— নত্তে কদাযদা হৌবনো কবম তৌবনো কশিনো নঙবু উবব্রব্রো?

— উদি উদে। চংলুদে পাউ ওইনা তাবগী রানি।

—তো। অঙ্কানি নমা-নচা। অমনা হেন্দে অমনা রাত্তে। কান্নদে চাক চাথোক্লগা হযেং ঙস্তা কোযবা নংনবা ঙস্তা তুমথোকউবো।

ঐনা হযেং ফংলক্কদবা তোলোপ অহুনা বরি কমদোনা কদোমদগী মেনবা হৌসিগে হাযনা পারম্মগা তুম্মগে কান্নদে থোক-অ-থোক-অ-বা লাকচনি হাযদনা খল্লকপগী অহুদা ইচানুপা য়াযমা অহু হনজিল্লকই। থেঙনা হল্লকপগী চৈকুসিন্না খনবনি হযেং ফীস পুদোনি ফুবিংস্নু যাদ্রে হাযবগী রাফম অমুক হন্না তাবক্লবদি মঙ-হা ইচোই চোইবনি খনবদগী অহুম তোক্লে। মচীন-মনাও কা মচাহুদা

ৱাবী শাবা তায। নোংথক খোংনাং অদুগী মবমদনি। ঐস্থ না থাঙ্গত্তু না ফনা কুইনা তাবম্মী। অমত্নমস্থ অতাবা পাউদা পঙতমদা তম্মে। তাংদাংবা ৱাদি ইহায হায়বক্তে। অস্কানি। ঐ অদুম তুমথবে। মঙদা উচেক অমনা খোংনাং অচৌবা অমা চেন্দুনা পাইবম্বা ময়েক শেংনা উবম্মী।

মথংগী তুমিত্তু ওফিসতা খোংনাংগী মবমদা খবা খবা ঙাউনবা তায। তোলোপকী ৱাফম নমথদুনা হৌবকপা ঙমখিদে খোংনাং অদু। নোং নিংনিদা অদুম কাউনখিবগুম তৌখ্রে।

নীলাম তৌগনি হাযবা তুমিং অদুগী অযুক্তু উচেক মচা খোংলকপগী অদুদা ইচাশিংগী কাবোমদা ভুকুং ভুকুং তৌনবা তায। মমাদা হংবদা অহনগা যাইমগী মখাদুগা নীলাম লাউবা যেংবা চংকদৌবিবনি মদুগী লাংঙিবনি হাযনা তম্মী। কনি বান্নবা লাইবিক-লাইশুদি ঔবাইগে হাযদ্রদনা হাযদনা ঙাংলুই। ইচা-শিংগীদি খঙদে মমানদি ইৱা থোইনা লৌখিদে। অযুক থেঙলপ্পা চা-তুং থক্লবা মতুংদুদা ঐস্থ ছুটিগা ওইবনে মযেংলুগে লেপ্লে। মচা-শিংদা হংহৌবা মমাদা হংলুই—

—মফমবু কদাযদনেবগেনে?

—খোংনাং লৈবা মফমদুদা তাবেদনা।

—খোংনাং লৈফমদুবুনিনে এনা হংলিবসে।

—সেক্রেটরী মযাম ফমফম হ নৌবা হায়নে।

—ও, অদুদি আ - চীং মযাগীদুদা ওইবা তাবে।

অদোমদা চংলুদবা ফনা কুইবে। থবক মচা-মচা ফনা লৈদুনস্থ

লাপ্লপ তাখিবত্নগা মহোয অত্নরাইগী কাঙবুত্নদা রা হায়বা তনবগা ইচাশিং ইনাওশিংদা নেকপোই শিন্নবোই তৌত্না অত্নম মরাক-খিবনি।

ঐনা থুংলুবা মতমদা মী ফনা য়াম্না তিল্লম্মে। হৌবমক্তি হৌবমক্রি। মযামত্ন পঙযেংদা যেংনবম্মী। ঐস্থ য়েংলুই। খোংনাং হৌবগী মওং ইউ উদে। হংলুই অমদা। তাকলকই মানা—

—মন্নুংদা হৌব্রা কৈনো খঙদেনে, মী পঙচঙদা চঙনখি।

কৈনোনে হায়বিসিবো উবু মন্নুংদা হৌবা হৌনব্রনে? অমদা অমুক হংলুই। খুম্মকই—

—মখোযগীসি অা নাকন্দা হৌবা ওইবমাল্লে। চঙগে হাযদনা চঙঙুবু মীনা ক্লক-ক্লক ইন্নে। তন্দুনা অত্নম থোবক্লে।

—চঙবদি যাব্রা?

—যাবনি, নীলাম ওক্কদবনি হাযনবগা অত্নম চঙহনবনি। লেঙশিল্লু: চঙঙুসিবা ঐবো। একাগাডা অসিনা কদাযদা কনাদা শিন্ন-বম্মগা চঙবা? কদাযরাইদা ওইবিদোনো? লাল্লবনিনা যেংবদি চুম্মব্রা? যেংলগা কবি কান্নদৌবিবা? খন্না খন্না থনজানরিঙৈদা মী মযামত্ন মবী-মবী থোরবক্লে। খুদক্তা নীলাম লাউবা হৌবে। মমল হুন্নবা মী যামদে, মহোয মবী-মঙা থক্তনি। মন্ত্রীগী মী মানবা থিকাদাবস্থ মানবা ওজা হাইবপ মানবা নুপা অমনা ওকখি। শেল মশীংদি তানা-তানা খঙহৌদে।

তরানীমুক লৈবগা খোংনাং অত্ন যানবদা চেকশঙ অচৌবত্ন মতাইরোমদা ফনা শাংনা নীংখায়রে হায়বা পাউ অমা তায়। চত্তুন

যেংলুই। মী য়াম্না অতুম্মক তিল্লমই। মন্ত্রী অমগা সেক্রেটরী অমগগী মরক্তা লৈবা ফক্লাং অমগী নথক্তা হৌবা উ ওইবম্মী। যুমথক্তা ফক্লাংগা পান্নবা নপতুনা হৌরকপনি। উচেক্কী অমাংবগুম্বদগী হৌবা ওইবম্বা যাই ঙাঙনৈ। চুম্মী, ফনা থ্রাংঙে চাউবে। মবা মবী-মবী চথবকপনা লৈবাক্কী লৈমায যৌবা যাওবম্মে। অচৌবা মন্ত্রী অমনা ইথবকপদগী চীফ সেক্রেটরীনা লোযশঙ অতুগী মালী অহুমগা চৌকিদার অনীগা থবক্তগী পোত্থাহনগে তৌবম্বনি। উকিল অমনা মহোযগী এপোইন্টমেন্ত লেটরদা যুম্ফম ওইহুনা যেৎপদগী থবক লৌথোকপা ঙমখিদবে। থোঙজিন মপান্দা খোংনাং মপাহুদা ফম্বা চপ্রাসী অমদি চীংলোমদা ত্রান্সফর তৌগ্রমাল্লে।

ইম্ফাল, ১৯৮২



# ইন্দোল থরোশংবী

নুমিৎ অহ্ শহব শীনবা থুংনা কবফ্য তৌই, ঈবাং মওং অমা কাযনা লৈবা মতাংনি। ইন্দোল থবোদি পাউ তাহৌত্রমাল্লে হান্নগুম ঙস্তা ঈকুজ-মাযথহ্না চন্দোল-চরা ইবং লংনা থিল্লগা কাঙৌ ঙৌবা হৌই, বোবাগী বেশোন থীৎপা হৌই, পকৌবাগী মচাক শেম্মী। শিংজুদি ঙবাং নুংদাং শোইবম্মবনি। হান্নদগী হেন্না ঙন্না, মম্মীঙৈদগী থোক্কে খনমাল্লে উগী লুকমায অহ্ নান্থোক-খোঙ্তোক্কুনা অঙাংগী অচাপোৎ হাপ্পা লিক্লি অম নীহ্ হাপচিনবা হৌই। পামজনা তৌবা ঈশৈ অহ্ হাইগৎ-হাইথ মওং ইকায কাযনা ঙংই— ব্রজ ভন জীবোনো— গোপীকাবো—

—ইন্দোন থবো—অবোক!

—চবহৈ! নপায ইন্দোন থবোবা! নাখাংতেক!

মশূ নুপী অপিশক অহ্বু চৈহংলি। মচানুপা অমত্তা পোকপহ্গী মচা কোকহন লাইহন্নি। ফনা লুনা তৌবনি। অহ্বু হন্দক থা খবসি মমা মাল্লি নুংশিদে হাযদনা মনাক্তা চঙলু-লাকল্লুবা যাদে খোৎক-দৌগুম তৌই। নুংশিদবমক্তি নত্তে। মশূনা চাগনবা লহ্ অহ্ অমা লৌথোক্কুনা পাযহল্লি, কোবী থমচেৎমানবাগী বোবা অহ্ মচা অমা শেৎলগা মখূৎ ওইনা লাল্লি। খামেন বোবা অহ্ মথঙ্গা ওন্ন-ওন্না তাখিসহ্ মতাগুম হংলকই—

—নমা মহাবাণীদি লেঙখৎলবা ?

ফমেন কাগী থুদাবোমদা তীং পাল্লি। ফৈজুপ থজ্জিক চিংখৎলগা মযা চীক্লগা যাবক্তা ঙংখিগুম তৌই— তু! কোৎচাবী অসি খৎনবা হৌবক-এ। ম-সাদা লাইথৈ যৈদনা শিগ্রদি ঈংদৌবা। মহুখাঙ। ফমজাউদগী তপ্না হাযবকখি— পঙতা মতাহুনা অতুম মৱৈয়ু অসিবু পাংপ্রো। তাশন্নকুন্থু।

—হো ইবুঙো নঙদি নমানিনা তাদবা ঙম্মী। ঐদি নাকোং অসি… অরাংগী হুপীমচানা হাযবা তায— কৈনো ইন্দোন থবো, ঙসিবু পোফম থোকপা যাদৌবিব্রো। কবক্ষ্য তৌবিসিদি।

— হৈমা ঙসিবু কবক্ষ্য লৈব্রনে ?

—হোবেন হুংদাং পুঙ নিপান ফাওবা লৈ।

—ঐ-পা। নপা, ঐদি থঙদেদনা। কমদৌনি 'হুদি। ময়ামসিদি কমদৌবা। বুস্ত-কুস্ত।

'কল্লক হেক পেল্লি।' —থুদাবোমদা ঙংখিবা রানি।

হুমিৎ অতু ইন্দোন থরো পোফম অতুম থোক্লে। ঈবাং যেংবোইনা থোক্লকপা লৈকাইগী নহারোল অহল্লোন থবনা অযুক্তা থবা লৈরবা নত্তনা থোইনা শীব্রে। ইমুঙগী কুপনোম থবা মতম থবগী মমাঙদা তৌবম্বহুস্থ অস্নুম তৌখিদ্রবনা লোযননা মমৌনা তৌদবা যাদে থন্না পাযগ্রবনা তৌখিদ্রবনি। অহুবু কবিগুম্বা থবা নত্রগা থবা তৌদ্রবদি লৈবা হৈনদ্রবা থবোশংবীনি, লৈকাইগী থবোনি, নহা, অহল, হুপী, হুপা পূন্নমক্কী ইন্দোননি। মশূনফাওবা ইন্দোল থবো কৌই। ইন্দোল থরোগী পকৌরা শিংজু, বোরা অরাথবী

হৈঙাল, কোবীনা নম্বা মঙ্গল কাংঙৌ লৈকাই লান্না মমিং চৎলি ইঙা-ইঙেনগী লীশাং শীৎপা নোংজুনা ইন্দোন থবোদা কৈদৌদে নুংশানা মৈ হৌবা, ষণ হনুবা ফাওবনা উরুম থিরক্লবা মতাংদ ইন্দোন থবোদি ঙৌথাংনববা ছাতিন অমগা মাগী পোফমদা লেঙদন লৈ। অযুক ঙস্তা অঙাং চবা রানবগী যেনশাং ইন্দোন থবোগ কাংঙৌনা ওইনৈ, নুংদাং অথেংবদা তান চাহৌদ্রবশিংগী বেব ইন্দোন থবোনা হুল্লি, মন্না থেংনা হাইজিন্নবকপা মাবীনবা রাংলব শিংগী চীন্দম ইন্দোন থবোগী পোফমদগী লোযনা ফংই —ফোং-ফো শাবা শাদবনা অমনি। পকৌবানা থবা নন্না যোলহৌই।

—নবোক্কী পকৌবাহু অনা অমহুদং লৌবকউ ইবেম্মা, ঙসি লোইনা শীৎলবোই, মাঙ'তোকঅনি। চো লৌরুচো।

মমাঙগী চোনুমাখোযদা চৎলুসিত্রা হাযদনা খল্লকপগী অহু মশূনুপী চঙশিল্লকই গিলাস অঙৌবা অমা পায়রদনা। মচানুপা মশূগগী খল্লুবদা পীজনাংবনিনা অহুখক কল্লগা হাপ্লুই। 'নাসু শমঙ অসিগা যেংন-যেংনদনা চানিন্ননিদকো' খল্লুবদগী অমা কো হৌগে তৌই, খাবৈ অহু চন্দবদগী তোক্লে। অমগস্থ মহাপ মহীস্থ যাম্মেমখৈ হৈবিখি।

হাযবিমক্তদা মানা থোক্লকপদা মমৌ অহু চখোম হুকপা লেপ্ল চালুক মপান্দা নোক্তনা লৈবম্মী। মচানুপাহুনা মমা-মচাগী পুখম ফাবৌ মযাংলেন অমা হাপহৌই। থবোশংবী খোঙথাং মনিন নাই থাংলকই, তুলসিবোং মযা ফাওবা মচান অহু ইপোম পোমলকই ফাওফমগী শম্বল কাম্বোকপগী অহুদা খোঙ্গ্রাংয চন্দুনা ফম্মগা মনঙ্গন

ইরাও রাওনা চাক মহী তোৎহোবা মচান্নুপাহ্ নীংশিংলকই। খঙহৌদে ৎসিগী চাক চামিন্নহোবা মখোয অহুমহুদা অহুঙৈগী নোংমা অহুগী মখোয অহুম মশেন-মবাং ওইনা উরকই— মমৌহু মানি, চাউবাকপা লোঙ্গাস্থ মমৌহুগীনি। মশূহুপীহুগী মহুৎ মচান্নুপা অহুনা শিল্লকই। মচাহুপা অহু ফীবম অহুমক্তদা মায়’বাজিহুমক ৎইবখি।

হুমিৎ অহু থবলো কনাগীনো ফৌ চিংবা চৎকনি হাযদনা চাক ঙন্তা থোংখিবনি মুনবোই-মুন্দবোই চামিন্নখিবনি। মতা চারুবমাল্লে, হঙ্গাম যেলা থোংবহু কযা হেক হাউবে; থাওস্থ ঙৌবা নত্তে ফাবৌ মচা অমনীদংদনি থাক্লিবা। ঙা যাওদ্রবস্থ যাববনি অহুবু লৌবল্লবনিনা হাযদনা ঙক্রো অহু মচেৎ অমা শেৎলি। অরেম্বা অহু মমা মচাদা হাপ্পি। মচাহুপাহুনা তাপ লাক্লগা শেৎপা হোবদা থবলোনা হাযখি— নমাদা পীযু নমাদা। থিংঙাও লৈঙাও ওইনা মচাহুপানা হায়বকখি— হুংশিগ্রমাল্লে মতুসি।

থবোশংবা চখোম হুক্তে হোনা নোকখি, ইকাযবপস্থ তৌখি।

চহা তবা থবগী মকা লাম্লবা ইকায মীনোক্কী মঙাল অহু স্থমাঙ ফাওবিবা ইন্দোন থবোগী মাযথোঙদা তাবমাল্লে মাঙ্গোন্দা পৈযা শীবিবা অঙাতোম্না লংনবকই।

— কদাযদনো থবোশংবী, নোকফেৎ নোকফেৎ তৌহুনা হাযদো-বকইবু লিকোন থাবলবু নকশিল্লক্রব্রনে?

রাচোয ঙাংবদা হায়নবিবা অহলনি অঙাতোল। ফনা ইকাইনা থল্লম্বনি থরোনা। ঙাংবা য়াম্নমক ফবক্লবী ইন্দোন থরোনি।

অরায অখুমগী মওংদা ইন্দোন থবোনা খুল্লকই— অ, তাদা মোন্দা হুংঙাইরক্লদবু মতম হায়বা লৈব্রদা, থোক চোংথোক্লগা লোইরে।

—কৈদনোনে নঙবো মযামগী বল হুমিৎসিদা।

—তাদা থোবক্লবনি কৈদৌকুগনো হাযদনা।

অঙাতোন নোক্কুনা লৈহৌই। ইন্দোন থবো চোহুমাহোয-বোমদা ফাওগৎলকই। চোহুমাহু লেংখৎলি হাযদনা চোহুপানা পুক স্থবিরম্মী। পাউ অমা হাযবমগুম তৌবগা হু হল্লসিবা হাযনা খল্লুরে। মখোয অনীনা হরাও-হবাও খাম্বদগী অহুম ফমথবে। বেরী অনী অহুম ফম্মবা, রাবী মওং মওং শাববা মতুংদা চোহুপানা হাযবকই—

—থবো নঙদি হুংঙাইবেনা, হা। নচানা তোলোপ চাবে নমৌস্থ মবম ওকথ্রবী অমা ফংলে, মবুরা ঈংলিবা, হৌন লোনচৎনা খঙলিবা। নঙসি থবো মৌ থিবকাদি হৈনহৈ। মচীন মখানা হুংশিরিবা।

—কদাযদৈনোদা তাদা। মচান্না মচান কল্লিবা। মহুংনা কল্লিবা লীকপসিনা অমুক্তোইনা। মা হেক পীজনাংদবনা মশাসি অনা লোযববনি। ইচাহুপাসি ফনা হাযন-তান্ন যারম্বনি। মানা হেক স্থমখিদনা মমা ঐ ফাওবা মরাযখ্রে।

—কদাযদৈনোদা থবো। মহু মনেমনা খনবনি। মমৌনা খনবনা অমা। অহুবুদি হাযনবিদনা মচান্নপী পোকপা ময়াগী মচা-হুপানা মমৌগী।

—হো তাদা, অহু ওইহুনস্থ ঐখোয়গীসিনা কয়াৎ অমা হেল্লি।

মহোয মহোয়সি হেক যেংনীংদবদগী অয়ুক ঙস্তা থোবক্লগা হুংদাং থেঙনা কুম্মিসিনি। চোন্নুমা ঐনা হেক হেক হায়হুনি ঐদি হেঙো-হেঙো তৌবসি ইপুম হেক থিৎখৈ হৈনদে। নহোয-ঐখোযস্থ মৌ নহা ওইবক্লিবনি, ইকাই-ইকি রাংমা লান্দুনা হেঙো-হেঙো তৌবকপ্রনে ? তৌবক্তেদা।

—নহাগী মতমনি, নহোয-ঐখোযগীনা লোইখ্রবনি। হা থবো। ধবলোগা ঐখোয মবী নত্রনে পাসখেলা যেংঙু হল্লকপদা নঙনা নহোয নবোক্কা ঙাংবা তাদৌ শরুক ষণগাবীদগী চোংথহুনা শিনীংঙে হাযদনা চিন্তা তৌখিবদো। মতুগী চহীতুদা ওইবমাল্লে নহোযনা সোহোবসিদা হোংগৎখিবদো।

মথংগী চহীদনা চোন্নুখোযগী ইমুঙ হোংগৎলকখিবনি হাযবা মখোয অহুমমক্কা নীংশিংমিন্নৈ। অহল অহুমতু ফনা কুইনা রাবী শামিন্নখি। ইনক হেক নক্লনা মথৌ মথৌনা লাপ্লথ্রবা মখোযনি তানহুম ফনা চানা থোক্লুবে। চোন্নুগী হুপীনা তাক্লবা চাক অহু মখোয অহুম চামিন্নবে। হুমিৎযুং মতুংদা হল্লকই। লাকপদা স্থমাঙ মথং মথং ফাওবকপদা য়ুম অম'নীদস্থ চঙলকই, রাবী মতেক অমমম শাবকই। চঙঙু চঙঙুবা ইমুঙ থূদিংমক ময়ূমদ-ময়ূমহুমঙাই ; অঙাং অহল খাযদে পূন্নমক্কা দোবো-দোবো, যৌ-যৌ। পূন্নমক্কা অমদি পূন্নমকপু লুনা তৌই।

দারী হেক কাখৎলকপগী অহুদা মশূহুপীনা পাউ তম্মৈ। অবোক যেংও, ইমানা পোৎ যাম্না যোনবনি, অস য়াম-শীৎলি। শিংজুদো কোম্নদবা, ইমানা শোইরি।

—এ, ফবেদা।

তারকই চোত্নমাগী রাফম নমৌস্থ মবম ওকথ্রবী ··· মবুক্না ঈংলিবা ··। মশূগী মখূৎ শম্মতুনা চঙলকই। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌই। হাযবকই—

—হুপীমচা পঙযাম যাম শোইকুবহু লেম্মগা হুংঙাইতে। অতৈদি কবি কবি শীৎলি?

—বোবাস্থ লোইদৌবে।

পৈশা হাপ্পা কৌতা অতু মমৌনা লানশিল্লি। বেবী অমা চম্মগা থরায তা-না থীজে। মমৌদা 'ঙা চাসিবা হুপীমচা?' হাযনা হংই। ভাব তাবকই ইহে। বলনিনা। হযে চাসি। মাঙঙম্মবা পোৎ মযামনি নঙনা যোল্লম্বা ফখ্রে। —মমৌদা হাযবা রানি।

হুমিদাং অতু ওল্লপ্পা হুপীমচানা চাক থাগৎখ্রে। থরোনা মথৌমক ওইনা মম্লি মম্লি তৌবা মবক অতুদা ফনা শানা মথং মথং ফাওতুনা খোবানতাবমগী ডাযোনবীহোযদগী পোবোম পুঙ্কপা অমা লৈরুবে। তনশেম শেমতুনা মমৌদা লানশিল্লি। অযাম্বা মতমদা যান্নমক লাক্না তৌবা মাগী থাও-থুম, মকু-মবাং, স্লাইডং, মোরোক মরূপ পুথোক্কনা কৌতা কৌতাহু লানশিল্লি। মশূহুপীতুনা হেক হরাওজখিবনা পাখোন হাযবিমশ হেক যাই।

—অবোক হান্না চাবিবো থিবগে।

—চামিন্নবসি কৈনো হুপীমচা!

—ঐদি মপা ঙাইখিগে। মপাদি অযুক চাকচা ফখ্রে লামস্নি হায়রি।

—ই-হে ! চাথোকমিন্নরসি হাযরগা।

ইন্দোন থবো হান্নগুম মথন্তা চাবা তাখি। মশূন্নুপীহুদি চমায চাৎগ্রবনি। কৌশিনবনি তূমখিবনা হাল্লে। ঙা মতুম কা হেন্না উবা অমা লৌথবগা ফক্লিঙৈদা ঙা মতুম চাউনা তোইহন্দনা থোংউদ যগনবা মপুবোইবা ধবলোবু রাউবি-রাউবি নীংশিংলকই। তমু-মুবা, তচাও-তচাওববা মখূৎনা ঙা মতুম ফকখিবা মওং কয়া উবক-থগুম তৌই। থোং-থাকপা হৈত-লাক্তবা মমৌ নত্তে, খোযথুন্ননা উই। অহুবু থরো ইচা চাখিদ্রে। মশূগী ঙাবেন ওইনা চানবা ন্নপ থাকলম্মগা তোক্লে। ফুঙ্গাদা ফনা বুইনা ফম্মম্মগা ঙল্লপ্না ফমুং ঙলে। হুতিগীদি মথংগী অযুক্কী য়োন্নবা পোৎ থোং-থান্নবা ঙৌ-খাৎনবা শেম-শাবিঙৈদা থেঙনা থেঙনা তূম্বনি। ঙসিদি হান্নগীগা লবগা মমৌনা খায়বোক অমগা পাংবিবগা থবক লৈত্রে। তূম্বা যামক মযাদ্রে।

ওখান্না থেঙথলকপগী অহুদা উবোবোন তৌবগুম তৌরুববনি। খুম্মাংদা মচাগা মমৌগা জুজা-জুজা তৌবকপগী অহুদা মমীৎ থংশিং শংলকই। তা'বাই খন্না-খন্না শানখিবা রাবী অহু তারুই। চখোম বক্কী রাবীনি—

—হযেংদি ওফিস ঙন্না কাদবা যাবোই।

—হযেংদি থিংঙবোইদ্রা ?

—থিংঙবোইনা। ঙসিদনি, মতমস্থ ঙসাই যাচঙবদা লোইখ্রে।

—ঙসি থাজদনা অবোক্কী পোৎ ওন্থোক্না য়াম্না শীৎখ্রে। কানবু কান্নে।

—লোইবু পুঙলোই লোইখিব্রো ?

—খরদি লেম্মি। মাঙঙোইদবা ঙাক্তনিদা।

—নঙগী ঙাসি হাওইনহৈ লৈহৌদ্রবা ?

—ইবেম্মগী খবদি খাকহৌবি। হাপ্পুগে ?

—হ। যাবে ওক্লবা জাৎনি। থোংবা হৈ হাউই হাযবগী রানি।

—হাউতদি হাউনবা থোংইবুদি।

থবো তপ্পা যাওন্দুনা ফক্লাংলোমদা চেপখি। ফনা কুইববগী তুংদা ফুঙ্গাদা মৈ যাইবিবা মচানা হায়খিবা তায— ঐ চঙঙম্মগে। কোল্লিক রাইবম লোইবগা মখোঙ হাম্মিবা মমৌনা হায— ঐস্থ লোইবে বৈনো চঙমিন্নবসি। ঙাইহাক লৈরগা তুংথ-মাঙথ চঙমিন্নখি।

মফম খঙহৌদে থবো পিং লাউবকই। শোল্লি— নহা ওল্লখি লাংবাইবাঁসিদি। ঙা পীজরম্মোইদৌবু। মসি বৌনবোইদহৈ।

থবো শাউবংনবপ্পা ফাঁরুক থোক খুমজিনখি। অবাপ্পদা পুঙজা পুবা য়েনবা অমা চিংনা খোংলকই। ইন্দোন থবো তাখিদ্রে।

ইম্ফাল, ১৯৮২



# ইদুনিংথৌ, ইপাম মৈ চুরো

"সিদা হেক হেক লাকপা সনা হায়বা স্থূপীমচাদো জেলদা লৈখ্রে'যে, তো যেংউ।"

পাউ অসি ঐখোয় স্থূপীমচাইমানা পীববনি। বনানদা য়াবিবমখৈ বেবা লৈববা খবব অতুস্মু পুবক্কুনা মাঙদা থম্মে। শঙ্গোম মকুপকী চা-গা ঙবাংগী পাফোব অউইবগা অনীতুগী ব্রেক ফাষ্ট লৌনা লৌনা পাকুই। ঙকপা যাবা পাউনি হাযবদি থল্লগা নৌদ-নৌবা অনৌবা মৈতৈলোনদৌনগা তৌবগা মরোল-মরী ইখঙ খঙদে। মথং স্থুমিংকী স্থুমিদাংল্লাইরম খবা পাকপা মীবমগী খববদা যেংবদা মমুদ তা-না খঙবা যাগুম তৌই—

"...... এম, সনাতোম্বী কৌবী স্থূপী অসি সমাজগী সেবা তৌবিনি। মানা যাওবা সমাজ সেবাগী কাঙলুপ অতুগী চিযাবমেনদা ঙাশেমথাঙনা যানগে তৌকুই, লোযননা মন্ত্রী অমবু মাগী ওফিসতা ফোংনা তথি-তথি চৈকুই হাযবগী মবাদা মাবু ফাবনি। মতাং অমদা মন্ত্রী অসিগা এম, সনাতোম্বীগা যান্না নঙ্কা থবক তৌমিন্নরম্মী হাযনৈ। পুলিসনা ধাবা ··· ।"

হাইবপ ঙকপা যাবা পাউদা ওইনা তৌই, ঙকচু ঙকনৈ। ঐদি থোইনা ঙক্তে অতুগা ঙক্তবমক্তি নক্তে।

চহী মঙা-তরুক্কী মমাঙদা মানা ঐগীদা ইহান হান্না লাকখিবন্থ যান্না ঈংবী তপ্পী তনৌ-তনৌবিবা হুপীনচা অমগুম্না লাকখি। হায়রৈ—

—ওজা অমুক্তা উন্নজগে লাকচবনি।

—ওজা হাযদি কনা, ঐবুরো?

—হোয় ওজাবু।

ঐদি ওজা ওইবা নত্তে ওজা বৌদবা যাই খুবাবা পাবুঙলা মাম্মবা বৈনোমা কৌ হাযনা তাক্লগা বৌশিন্দুনা ফমহল্লি। মানা লাকখিবন্থ মবম অনগী ওইবম্মা। অমনা, কনাগীনো মপোক হুমিৎ অমদা লৈকাই মবী-মঙাগী নহাবোনশিংগী থৌদাংগী মতাংদা মাতিং অমা তৌবগী সভাপতি ওইবিযু হাযবা অমা, অতোপ্পা অমনা কবিগীনো ওফিস অমদা থবক অমা পাযনবগী চে অমা থাগনি মতুগী সোই অমা তৌবিযু হাযবসিমগা। ঐনা নাক্তোক্লবা হাযতুনা ঐদি ওফিসবস্থ ওইদে, মানা মশক খঙবস্থ নত্তে, খুৎ নাম্মস্থ মহামদা তেকখিবদগী মযামগী সেবা খবা খবা তৌবন্নতুস্থ তোক্লবনি হাযকুই। যাখিদে। অচুম্বা খবা থাগৎপা খবা ইশম শন্ননা ইচঙ থৌনা হায়বকখি—

—ওফিসাব পামজদে, মপান্দদি শোযদবা মনুংদা, নামদ নত্তে পোৎমা শোযববা মাওইনা ঐবু শক তাকপিবা পামজদে। ওজাগী সোই পামজৈ। (মা ওজা বৌনু হাযবা অতুম যাখিদবে) শেনজাও পাযবা, প্রজাবু ওৎপা মাওইদি মান্ননা নত্তে হন্থনা ফাওবা যেংজনারদে। ওজাহোযগুম্বা ওজা পামজৈ।

— অচুবু ইবেম্মা ঐদি কনাস্তু নত্তে কবিস্তু তৌবা নত্তে। ইবেম্মনা পাম্মীবা মীচু ওইদে হাযজবনি।

— কবিগী ওইবোই। স্বপ্নম শাসনবু লাক্কুনা চিংথুরগা মযামগী ওইবা লৈঙাকওং লিংখৎপগীদমক্তা থরাই ফাওবা পোম্বা ওইখিবা ওজাবু ইকাযখুম্নদবা যাবোই, যাফম থোক্তে ……।

(তাবিঙৈ ঙাইহাক্কুদা উরক্কুম নীংশিংলককুম তৌই—তুপী অঙৌবা, ফীবাল অঙাংবা, লংহিংগী ফীজোল মযাম অমা মরী-মবী পবেং শানা চৎলি। কোকঙৌগী সেবৈ অমা চান্দা থম্মগা অনী মবীনা বোযচেন চেন্দুনা লাউখি। খুম্বা যাওখি—হিং-কি-লাপ—জান-দা-বাদ, প্রজাগী দাবী— আইন সোভা, নিংথৌগী শা-সোন পামদে, আইন সোভা— পীগদবনি, হিং-কি-লাপ …. )
ঐ যাখি, সোই তৌখি, মাতিংস্তু যাওখি। হুমিৎ অচুদগী মাবু ঐনা খঙখি। ঈংনা উই অচুগা মন্নুংদদি থৌনা অমা ফুমচুনা লৈবা মাল্লি। চৎলমদাইদা হাযখি—

—ইবেম্মা, পাস তৌবা নৌবিঙৈ, ফোঙ-ফোঙ শাবিঙৈসিদা থবক্কুচুম মওং চানা তৌনবা হোৎনহৌ। ঈংনা শান্তিদা পালহৌনবা লাম্নহৌ। কা অমা হৈ অমা চানবা কৈ-কৈনো খবদি চনশিনগ্রব্রা? চে থাবা, ইন্টরভ্যু যাওরুবকাদি লাযবি, কনা কনানো চেনবা যাবা খবদা নংনবা চেলহৌ।

—ওজা মচুমদি যাওদবা যাবত্র খল্লি। ঐগী ইহৈদা চিংনবা লৈজদে। অচুগীস্তু মথক্তা অচুগুম্বসিনি ঐখোয অসোমগী নহাবোলশিংনা পুঙথিং থিংনবা হোৎনজগদৌনিবসি।

—ফৈ-ফৈ। হোৎনৌ হোৎনৌ। মঙ্গোল ওইয়ু।

চৎখিবা মতমদা মাগা লোয়নরকপা আশা অতু অতুম্মক লোযনখিগুম তৌখি।

নোংমস্থ, থা খবগী মতুংদা মা লাকখি। চাক চাবিডৈদা লাকপনি, উন্নদবা যাদবগী মওংদা ঙাইখি। মথোয় মঙা-তরুক লাকমিন্নবনি। ঐনা থোকলকপা মতমদা মা মথস্তা ঙাইরম্মে। স্থমিত্তুস্থ মবম অনীগী লাকপা ওইরম্মী। মাগী মরমতু হংদ্রিডৈদা অহানবা ওইনা হংলুই—

—ইবেম্মগী নহানরাইগী থবক্তু ফংলববা ? পাযববা নত্রা ?

—ওজাবু হাপ্পক্রে স্থপ্পমদা অতুম লোইশিনখ্রে। ইণ্টবভুা হাযবতুদা ঐনা অনীশুবা ওই হায, পরীখাগী নম্বর যেংনবদা ঐনা ইহেন হেল্লি হায। মী তবেৎ খনবনি। ঐস্থ যাওবকফম থোকই হাযতুনা লৈবনি। হাপ্পক্রে। মকোক মমৈ হাযবা লৈখিদ্রে পৈশা অযাম অযাম্বদা হাপখ্রে। লিশীং মরীদগীনা তরুক ফাওবা লৌই হাযনরে।

—উ-ম।

—অসিগুম্বা শেনজা-থুমজাগী লৈঙাক শাসম অসি চিংথুদবা যাদ্রবনি ওজা। মব্ব যংনা ফুক্তোক্তবা স্থপয়া য়াদ্রবনি য়েংবিযু হৌজিকপু চাউববা রাথোক অমস্থ মায়োক্লবা তাবি। থানাগী মীওই খবা লৌবগী থবক পুমলোই লোইখিবা থা তরামাথোই পূবা শুবে। হৌজিক ফাওবা হাযদোক্রি, পৈশাস্থ ফনা ফনা য়াম্না পীশিন্নখিবা য়াওরে হায়রি। মসিগীস্থ অথুবা

মতমদা অচুম্বা মওংদা থবক চথবগা লৈখায তানবা মবী লৈনবা কাঙবুদা হায়জনবা অতুগা তকশিন্নবা মীতিং মনম মনম তৌরি। পীশিল্লুবা পৈশা মযামতু পীথোরক্লবা মী মথং মথং থারি। পীথোরক্লবদি নহাবোল ময়াম্না কুম্মৈ তৌবা তাবি। কুম্মৈ তৌবা তাবনি ওজাবু। ফীবমনা অসি যৌবক্লবদা ঐখোয় প্রজানা তুমিন্না লৈথোকপা চুমদ্রে ওজা। প্রজাগী সেবা তৌগনি চোংথোক্লগা প্রজাদগী ঈ চুপ্লবনি। ভোৎকা মতমদা মখোয়না রাশকখিবতুগা পুমখেন খেন্নরে।

-খেন্নতুনতা লাক্লি, খেন্নবসু তাবনি। ভোৎকী মতমদা মখোয়না কপথ্রিবা তিংথ্রিবা পুম্নমক্কুগী মমল লৌবা তাবনি। মন্ত্রীনবু শেন চাদে হাযব্রো, থাইনগী অথেনপোৎ ঙসিদনা শেল, থাইনগী থৌগল্লোন তম্বা ঙসিগীনা দি, ও, লেটব। কায়দে থল্লি খুবাদি। মন্ত্রীনা শেল খোম্বা প্রজাগীদমক্তনি পুলিশনা শেল লৌবা প্রজাগীদমক্তনি, ওজানা পৈশা লৌবা প্রজাগীদমক্তনি। পুম্নমক প্রজাগী সেবানি দেশ সেবানি। ঐখোযনা থনখিবনিনা ঐখোযগী চপ চাবা থবক তৌবকপা তাবনিনে ইবেম্মা। হৌখিবা মীখন্দা ঐখোযগী লৈকাইদা চাক যান্না চানখি, লীলা য়েংনখি, শামতুগী বম্পোব ইন্নবা যাওখি। মপা-মপাগা পোকমিন্নবা মখুবাতোনদি নত্তবনিনা শেল্লেপ হনজিন্নবা তৌবা তাবনি, শেন্দোই হাপখিবা মশানা তাবনি। কায়বিবদি ঐখোযনি মহোযদি কাযবু ইকায় কায়ব্রিদা। অশি হৈবোং থাবগা থৈবোং হেকপা য়াবা হৌনদে ইবেম্মা।

—যান্থৎপা তাবনি ওজা, ককথৎপা তাবনি, মক্ক ফুকতৎকদবনি।

—ঙম্মোই ইবেম্মা, যান্থৎপা, ককৎথপা, ফুকতৎপা ঙম্মোই। মহুত্তা থাদৌবিবদো মন্থ, থৈবোং ওইগে ওইয়ু, হৈনৌ ওইগে ওইয়ু অশিহৈবোং হেক্তা ওনগনি।

—ওজা, ওল্লোই থাজবিয়ু। ঐখোযনা মশক মুন্না খঙনা যেংন্থনা থারবদি মওং চুম্না শেম্মবদি অপাম্বা পাম্বী থাবা যাই। মসিগী মতাংদনি ঐনা ঙসি লাকচবিবসি।

চুম্মী মানা লাকপগী মবম অমনা রাফম অন্থ ওইবম্মী। হন্দক্কী মীথন্দা লৌমী-শিনমী মীচম প্রজাগী ওইবা, শেনজা-থুমজা স্থকয়া য়াদবা অশেংবা মীহুৎ অমা নহাবোলশিংনা থাগৎলে মাগী ভোৎ কন্না খোম্বা হৌবে হাযনা হাযবৈ। ঙাঙবা-শকপা হৈ, রাখলস্থ মাগী তরু-তরুই, তশেং-তশেংই রাখল্লোন মযেক যেংই। মানা চপ চপ চানা হকথেংনকবা, নাকোযননা থেংনকবা রাফম কয়ানা খূদম ওইন্থনা হাযথরকপা মাগী রাঙাংদা থৌনা অমা নীংথিনা উবা ঙন্নে। মশক-মতৌনগা যেংবা হুংঙাইবগা, ঙাংবদা বাশিগা লৈবগা মানা ঙাংলকপদা তারোই হাযবা ইযা যানদে। ফনমক যানীংদবা য়াওরবা ফাওবদা ঙাইহাক্তি অন্থম্মক মতাবে। মানা ঙাংবা মতাং অযাম্বদা হেক হেক পল্লি— অওনবা, লালহৌ, তঙাই ফদ্রবদি ঈখেঙগী লালহৌ। নোংমগী মতাং অমদা হায়খি—

—ইতিহাসনা সাখীনি ওজাবু, মীচম প্রজাবু ওৎলবা লৈঙাক-শক্তি প্রজানা মুনবনি। নমন্থনা মুন্দ্রবদি শক্তিবু হরাও হরাও পীথোরকখিবা কনাস্থ লৈখিদে। মুনবা তাবনি। ঐখোযগী

লৈবাক্কী লৈঙাকলোন্দা ওৎপা নৈবগী অয়োৌবী থাক অমা হৌজিক হৌজিকমক মায়োক্লবিবনি। মৈ ফংদ্রে, লমসিদা হোঙখ্রবা ঈশিং পীদ্রে, পৈশাগী মমল নোংমা নোংমগী হন্থবক্লে, পোৎ-চৈগী মমলনা অতিয়া খেৎলে। মতিক চাবা মীনা মহৈ তমজগে হাযরুবদা মিং চনবগীদমক্তা লীশীংনা খূজিং ওইনা ফোংনা হেক্তা লৌবে। মহৈ লৈনবে, ফম যোন্নরে, পরীখাগী নম্বর পৈশা মশীংদা যুম্ফম ওইনবে। যেংবিয়ু ঙবাংদা থবক তৌখিবা ইন্জিনিযর, কাবদা ঙাযবিবা মন্ত্রী, এম এল এ! মখোযগী খংচাউ চাউখৎলকপা লন-থুমগী হিসাব। মসিবু অখংবা ঐখোযনা চেক তৌবা তাবা নত্রা? যেংনবা লোয়শঙ, খঙনবা লোযশঙ, ফানবা লোয়শঙ, পুন্নবা লোযশঙ, রাযেনগী লোযশঙ— লোযশঙগী লোযশঙ ঙাক্তা। তৌদে! মখোয মশেল শাযেন-ঙাযেন্নহুনা খৌবোম থন্না চাহুনা লৈবে। ঐখোযনা যেংলি চালুক মপানগী হৌদোংনা মপুগী য়াকা যেংবগুম। লাল্লব্রা নচানা হাযজবিসিবো?

—চুম্বা তাই সনা। হকথেংনবিবমক্নি।

—মসিবু অস্তুম খাঙহুনা লৈবদি চুমদে। ঐখোয়গী জাৎ অসি খাঙগল্লি খাঙনীংগল্লি। ঐখোয়গী মখাঙ অসিবু খৌনাবা, পাঙদববা?

—মান্নরুবা তনবা ওইবম্বস্তু যাই ইবেম্মা।

—মহু ওইবগনা ঐখোয়সি তনগনবা ওইবা তাববনি। তনবা য়াদ্রবনি ওজা। ঐখোয়গীবুদি অস্তুম মরেনগ্রনি অহুবু লুরিবা

অমনা লাক্লিবা চাবোন-স্নবোনগী মমাঙদা ঐখোযগী ইতিহাসনা মমায থমগদৌবিবসি কদাযদনো খন্থবা মতাং ওইববনি। ঐখোযগী ইপা-ইপুবু ঙম্মিবমখৈ ইকাযখুম্নজে, অদুগা নিংথৌবু বিষ্ণুগী থাক্তা থাঙ্গৎলম্বগীদমক্তদি রাকত্তবা ঙমদে।

—মতমগী মমল হাযবদুস্তু কাউফমদি থোক্তে, লৈবক্কী শৈশক হাযবা অমস্থ লৈবি।

—অবিবা স্থবদু চান্নদ্রে খঙলবদি লৈবক্তুগী মীযাম্না শেমদোকপা তাবনি। মসিনি ঐখোযগী কাঙলুপনা লেপ্পবিবা।

মানা লাকপগী অর্নাগুবা মবম অদু মতাং অস্বাইদা ফোঙদোরবখি। মখোযগী বাঙলুপ অদুদা ঐবুস্থ সভাপতি ওইনা যাওহনসি হাযনৈ, যাওবিযু হাযজবা লাক্লিবনি হাযরকই। ঐ যাওখিদে। যাওনাংদবগী নত্তে পোথাবগে খনবদগীনি। মা শাউখিদে নাংবস্থ কাযখিদে। চৎলমদাইদা মানা হাযবম্মী—

— ফবে পোথাবিবো। অদুগা নহাবোল ঐখোযগী ঈহৌ অসিবুদি হুংশিবিযু। ঐখোযনা মায পাকপদি শোযদ্রবনি।

—এ অদুইদি ইচাসিদি।

চৎখিবা মাগী তুংযান যেংনা যেংনা খলহৌই— মাযসিবু ঈহৌ ওইবিদ্রা মৈহৌ ওইবিদ্রা!

মানা থাজগুম্মদনা মখোযগী মীবেপ অদুনা কাখি। কাবদা নত্তে মন্ত্রী অমস্থ ওইখি। কাবগী পাউ হবাও-হরাও তম্মে, মন্ত্রী ওইবগী পাউস্থ চেল্লক্তুনা তম্মে। ঐনা হাযরুই—

—ম্লাম্না ফবে সনা। চৈ কাবিঙৈসিদা মতা চাবা থবক অমা

পায়শেমহৌবো। সেবা তৌবসিম্নু পুক থন্না তৌবনা মশক মচু থোক্কদবনি।

—ওজাবু ঐখোয় তৌজববোই হাযনা লেপ্লবে। চুম্না নিয়মগী নিযমদা থবক তৌবা তৌহনবগী মওংদা চথরগা অওনবা অমা পুবক্লবা হোংনসি খন্নবি। পুক্কী রাদি মযামগী থবক্লি মযামগা অতুম্মক চামিন্নবা তাবনি।

—ফৈ-ফৈ হোংনৌ, মঙ্গল ওইয়ু।

মতুংদা চহী অনীমুক উন্নখিদে। নোংমখক্তং ফীবান মখোক যাওবা কার অমদা চংখিবা উখি। ঐঙোন্দা যেংলগা হৰাওনা মখূং লোন্নবম্মী। ঐগীদি খূং নাম্মতমক থাঙ্গংলুই।

চহীমুক কবিমুক্কা হৌখি। কাউনবা যানা লাপ্লকুববা মবক্তুদা পাউ অসিমা পাবনি।

থামুক লৈবগা মাবু যামদ্রবদা অমুক্তংদি উন্নকুবা হংবিকুবা চুম্মানে খন্দুনা জেল পাঙলুই। খঙনবা ঙাক লৈবম্মী। অহেনবা অপনবা থোইনা থেংনদে মতম খবা উন্নহল্লকই। (মতম থোইনা ককলক্তে।)

ঐনা চংখিবদা মা কবিনো অমা কন্না ইতুনা লৈবম্মী। ঐবু উবদা ঙকলপ্না তবাম তরাম হৌগত্তুনা যোংচৈগী থোঙলোমদা চঙশিল্লকই। লেপ্পা লেপ্পা ঙাইহাক পাউহং-পুকহংনৈ। থোইনা রাবা নীংবা কাযবগী মাযথোঙ উদে। লাকথোক্তুনা লাকপবু ওন্থোকপা মফমদা উন্নবনিনা চা-হুং মতা চাদ্রে হায়তুনা হুংঙাইতবা ফোঙদোকই। হাযরুই—

—যাবে ইবেম্মা। উন্ননীংত্থনা লাকপনি। পাউদি অত্থম লৌই। পাক হেক যৌবকপা ঙমদে। নত্তে ইবেম্মা, ময়াম্নদি পঙঙাং মঙাংনৈ পঙশোন মশোন্নে। তং তাবা মওংদি ইখঙ খঙনদব-গুম তৌই। মওং কমদৌনবিবা জাৎনো? নঙগদি য়াম্না লুনা তিন্নবা মীওই ঙাক্তা ওইনা তৌবদাইনে। কৈদৌনবগীনো? অবোনবা তাক্লাংদবা রাফম ওইবগনা ওইখ্রে, মত্থমক নত্রগদি ঐস্থ তানীংই।

—ওজাবু ঐঙোন্দা অবোনবা কৈস্থ লৈজদে। হাযনীংবা পুন্নমক তেংখৈ ফোঙদোক্লবা হাবত্থনা লাইবিক ওইনা ইজবি, ইথজবি; লোইববা কান্দা ওজাস্থ অমুক্তা যেংবিযু।

—এ, যাম্না ফৈ তৌবা যাবা থবক্নি। কৈদৌনবদগী থোকখিবা জাৎনো, নীংথিনা ঙাংনদনা তেশিন্নত্থনা · ·· ।

—তেশিন্নবা যাববোই ওজা। মখোয় নহাবোল অযাম্বা মতিক চাবা চাদবা থবক অমমম তৌখ্রে। রাচৎ-রানোম তৌগুমসি শেনজা থুমজা মুৎথৎসি হাযনবত্থনা মখোয়না লোন্না লোন্না পীজবম্মে। কাঙলুপকা থবক তৌমিন্নবিবশিংদগী ফাওবা শেন লৌরম্মে, অতৈদা থবক্কীদমক পীজবম্মে। তোলোপকী মথক্তা খুদোংচাবা বযামুকস্থ পীবি। পীদবা কয়া অমম্মু হোৎচিন হোৎচিন্দুনা লৌবম্মে। লৌমিন্নবস্থ তৌক্রি। ফজববা দলগী মমিংদা মীচম্মু ওৎলক্লে। শেনজাওগী লৈঙাক হনজিল্লক্লে, ঈ চুপ্পদা মখোযস্থ চাউনা শরুক যাবক্লে। চুমদে হাযরুবদা ঐবু থৈয়াইনবা হৌরক্লে। লৌখোঙ ঈথৈ শেম্বা-শাবগী মতাংদা

মযামগী শেনফম লান্না শীজিন্নরম্বা ঐখোয মনুংগী নহা অমা মতিক চাবা মনা পীনবা রাযেন অমা ঐখোয অনী অহুন্না লৌখৎলুই। মায় পাকলমদাইদা মখোয অনী অতু ফাওবা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লে। মখোয মশেল কন্নখ্রে ঐবুনা পুংতান তান্থোক্লে। ঐ ইথন্তা শিজবশিবা হাযনা কন্না খল্লুই। মাযথীবা খাঙবা হৈতবগী নত্তে, লৌনগল্লবা লাযনাদগী ইপিজাশিংবু কনবা ঙমহৌদে খল্লুবদগীনি। মমৈদা ঐ ইথন্তনা তৌবা যাবা তৌবা ঙম্বা তৌকুই—লাউকুই চৈকুই; শানি হুইনি লমহুইনি হাযবা ফাওবা হাযনীংদবনা অমাংশঙ অবিবগী হলনি হাযনা লাউরুই। মচেগুম্নবা মচনগুম্নবা ঐঙোন্দা ওন্থোক্লা নৎখিদ্রবা লমচৎ চৎলক্কে তৌবকপা য়াওববখি। লৈঙাক থৌবম পুবাশিংদা খুদম প্রমান কযা পীতুনা চে থাকুই অচুম্বা রাযেল ফংনবা হাযজকুই। ঐগী প্রমানশিংতু সাখা অমত্তা ওইরমদ্রে, ওইগে চোংথোবকপা ইপা অমত্তং লৈবম্দা। মাসু কদায়দা মাঙখ্রবগে খঙদ্রে। মাঙজখিববা মাঙহনখিববা মফম খঙবা ঙমদ্রে।

ঙাইহাক্তা ফাওবা পোৎথাবা লৈতনা সনাতোম্বীনা লীবকখি, হায়থবকখি। ঙাংবদা ঈশিং লীংতে হান্নগী থৌনাতুম্ব হন্দ্রি শক্তি লৈববা মাগী খুতুম অতু হান্নগুম শীংতুনা হান্নগুম ঙাংহৌবি। কোযদানববা লাইবক মচাদা খরা-খরা কাবকপা শংবানববা শিংলী অতু হান্নদগী খরা হেন্না মযেক লাবগুম তৌহৌই। যোৎকী অচৌবা তবা মচৈ অমগী মমিনা হেক হেক খনবনিনা লেপ্তুনা উরুবদি ফংদ্রে। কাযনবমদাইদা মানা হাযরকখি—

—থা মঙা-তবা, চহী অম'নী নত্রগা যাম্মবদা মবী-মঙা মঙাই ঐবু শারংসিদা থম্মবদা। নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐ থোকলকখিনি। ঐবু থিংবা যাবোই। ঐ থবক তৌখিনি ইচম চন্না হনগদবী নুপী নত্তে। ইথন্তা ওইববসু যান্নখিগনি মীওৎপশিংগী লাল অসি। অওনবা অমা ঐ নমতুনা পুবকখিনি, শোযদনা পুবকখিনি। থাজবিয়ু ওজা, শোয়দবনি।

অওনবগী সনানা ফূদোংলবা মুতি অমগুম জেলগী কা মচা অমদা লৈহৌই। চৎলমদাইদা মানা ইবিবা লাইবিক্তুগী মমিং রাগী রা ওইনা হংলুই। হান্নগী ইচঙথোবা রাঙাং কযা ঙাংনা-ঙাংনা মাগী খূৎই অতু উৎলকই। মমাযদা থাহৌই 'ইতুনিংথৌ, ইপাম মৈ চ্বো', খজিক্তং হাইথবগা ইহৌই 'সনাতোম্বা'। চৎনা চৎনা থল্লকই— পাযদৌবিবা মৈসিবু শানিদা? অঙ্গৈংবা ওইবিদ্রা? বিক্তা মথক্তা মঙামদা কক্লবা ঐগী খূৎ অতু তেক্তবা নামনা কাইদ-কাইদ মাবগা থল্লুই - মতুনিংথৌ অতুনা চূবল্লবদা মৈতুনা চাক্কদৌবিবসি কদোম কদোমদা ওইবগবা!

ইম্ফাল, ১৯৮২



# পেনশন

ঙসি থাগী তাং ১০ চনশিনখ্রে নোংথোনদি মাগী পেনশনগী শেনফম ফংদ্রি। হৌখিবা তাং ১ দগীনি মুতিগী চাকঙন চাবগা তান্নবক্লিবসি— অনীশুবা থাংজগা নোংমাইজিংগা অমনা, মমান্নবা অমগী ফীবোই চৎলুবা মুমীৎ অতুমগা— মুমীৎ হুন্নিদং কাকদে। ঙবাংতুদি শোযদনা লোইবম্মনি ফংলনি হাযদনা চৎলুবনি। অতুবু লোইবমদ্রে। উটিন-নাচিন্না মাগী ফাইল অতু কেবানা বাবু অনীদি লাল্লম্মে। অতুমশুবা বাবু অতুদা হাযজবা যাবা হাযজনগা থোক-লকখি। শঙ্গল মযাগী হৈনৌ হন্নবতুগী মথোঙদা মাগী সাতিন অতু থাবগা অথেঙবা ফাওবা ফমতুনা ঙাইবগা 'হযেংদি ইবুংঙো ইপাগীসিবু নংলনিকো' হাযদনা থৌজিল্লুগে হাযতুনা চঙলুই। বাবু অতু অতুম লৈবমখিদবে, কাতুগী অতৈম্মু লৈনবমদরে। অমথক্তুংদি কাচিল্লোমদা লুকথতুনা কন্না সূবম্মী। চৎনথ্রবা জাৎলা হাযনা হংগে চঙশিল্লুই। মনন্না চঙবা যাহৌদে অতুম থোকলকখি।

ঙসিদি মবোইবম্মনি অতুগা লোইবমত্রবসু লোইহন্দবা যাত্রবনি। পৈশা শুইনা পুবক্তবা ইযামক যাদ্রবনি। মচান্নুপা অতোম্বতুগী পৈশা থাদবা মুকযামক যাদ্রবনি। চিঠিগী মথক্তা টেলিগ্রাম অমসু ফংলবনি। থীন্নবক্লিবা মুমীৎ মবীনি মঙানি অসি মীবম অতুদা মযাম্বা মথুবা কনাম্মু লৈতবনিনা চরা হেন্দ হেল্লম্মদোবোই নাংবা

হৌগ্রবনি মাগী হুপী অমুসনাদি। অহুগীস্থ মথক্তা অমুক্তা অমুক শোৎ অমুক পী অমুকস্থ অহুম মশোৎ তৌবা হুকানশিং অহুগী মমাঙদা ভুবৎ লান্দুনা চৎপা ঙমশিল্লক্কবে। হৌজিক হৌজিক্কী প্রোক-প্রোক চাকপা অরাৎপা কযা লৈহুনস্থ চঙ্ঙুবা ঙমদ্রে। পোৎয়েং-চাযেংগী খূদক খূদক্তা লাকউবা মরুপ-মপাঙ কযাগী অবিবা হিসাবস্থ চপ চানা অহুম্মক মলৈবি।

অহল ওইরবা নোংথোননা লোযশঙগী থোঙ্গান হেক যৌবগা লোযশঙ হাংবগী পুং তাবগা চাপ চানৈ। লোযশঙগী অকোযবা থোঙনাওশিংদা মাঁযাম পুল্লপ পুল্লপ পৈবদি ঙসাইনা হৌবম্মে। তোযনা চথোক-চৎশিন তৌবদগী মশক খঙলবা, থোঙ্গান্দা লৈবা ঙাক-শেনবগী মাওইশিংনা মাবু থিংদ্রে, হংঙাও হংলক্কবে। মযান্না চঙবদা বেবা লৈবা থোঙদা নোংথোনবু থিংদ্রে। চহী অমদি ফীবস্থু ইকাযখুন্নবা লৈবাক অসিদা মদু ফংনা মাঙখিবদি নত্রিমাল্লে। মন্নুংগী মানস্থ শাউদে মপান্দা ইন্ননা লেপ্লিবা মযান্নস্থ হংনদ্রে। পলহৌবগী মুক্লগা চিংনবদা নাম্হোক্কুনা কেল্লব্রবা সাত্তিন মখোক অবংবহু খুল্লগা ঙবাংগী বেবানা বাবু অহুগীদা চুমদ্রিংনা চঙশিল্লকই। ঙাইহাক পোইবৈ যেংহুনা লেপ্লগা হংলগে হাযহুনা লুকথবকপগী অহুদা নহা অহুনা হাযবরই—

—অ, খুবাগীহু ঙবাংনা অহুম লোইগ্রবনি থাজিন্নবা পীশিনগ্রবনি। আদৈ অম্বাবী মরুমদা ফম্মিবা হুপী লৈশাবা অসিদা অমুক্তা হংবিরুবো।

—এ, য়াম ফরে।

ঙসিদি তান ফনা চাগুম তৌই খুৎলামখামদা কৃপা লৈগুম তৌই—খল্লি অহলনা। মুপীমচাহুদা চঙশিল্লগা হংলুই। মুপীমচাহ্ তাগুমস্থু তৌই তাদগুমস্থু তৌই, পানমনাদগী শুমু অহু খূজীন শাংল শাংলবা খূৎশা অনীহুনা কাইদ-কাইদ তকথোকপোই খনবোই তৌহুনা লৈ। পাক্কা খুম্মক্তে, যেংখৎলক্তে। হৌনবা ওইববোই নীংহুনা ঙাইহাক তুমিন্না লেপ্‌লুনা লৈ। মাস্থু মতম অমদা, লৌকুং-শঙদা লৈবিঙৈদা অস্নুন্না লৈথোক লৈশিন তৌখিদবা আলে-জালে তৌখিদবা নত্তে, চুকুপ অমা চন্নবা লাক্লবদা মৈখেৎ ফুবাংখাউদা য়াওনা যাওনা মেজ অনা-মবা লান্না রাযবা চৎখিদবা নত্তে।

—খুবা ঐ মথং মথং যেংঙবগা থাজিনজগে, অসোম মপাল্লোমদা ঙাইবিরুবো।

—যাববদি ইবেম্মা ইপাগীসি পাযহুনা পুশিনজবগে, ইপাগীসি প্রোক-প্রোক চাকপা অথুবা খবা লৈবদনা তৌবনি।

—মযাম লৈনবিবসি চারুবা ঙাক্তনি খুবা, মথং মথং স্নুম নিযমগী ওইনা তৌবক্লগে ঙাইবিরুবো।

মথং-মনাও, অকোন-অহান, নিযম, নিযমগী রানি। চুম্মী, থবক ওইবা অমদি হানবা পান্নবা ঙাক্লি। মখা তারুবা ঙমদে নোংথোন থোকলকই। হাযনীংবগী রাদি থোঙজৌন্দগী অমুক হনজিন্দুনা চঙনাংবনি। নিযমগী রানিনা থোকলকপা তাখি। থোকলক্লগা উখোকতেন্দা ঙাহুনা লেপ্লি। থোংজাওশিং লোনশিন-খবে। থোঙনাওদা অহুম্মক যেংহুনা লৈ। মুপীমচাহ্ কোদাং ওথোকপা থোকলুগুম তৌই। হনজিল্লকপদা মুপী মৌ নহা অমা

লোয়নবকই। মমাঙদা লৈরিবা চে অতু মথং মথং ফাকমিন্নে মখাগী অতুরাইদগী চে অমা শংকংখি। কবি কন্নিনো ইবগা পীখি, অমতু হবাওনা মথুং-ও মশা-ও করি কবিনো হায়রম্মগা থোকখি। তুপী-মচাতু পোখাতুনা ফমহৌই, মযোমদগী কা অমা লৌথোক্লুনা ফাকহৌই। নোংথোন পিং লাউই। সাত্তিন ঙাবি হায়বা নাংশিং-লমদনা চঙশিল্লি, থোঙগী অহল অতুনা হায়রকই—

—তাদা 'সোমদা যাদ্রে, চঙগে হায়বগা অসোম মনাংলোমদা চঙঙো।

—ঐ হৌজিক্তা চঙভুবনি, পোৎ অমা কাউবম্মদনা⋯⋯।

—অসোম মনাংলোমদা!

মখা তাকদে মনাংলোমদা কোইনা লাকই। কা হংলিইং-মপা যেংলিইঙে থোঙ যেংলিইঙদা খঞ্জিক কান্নবে। থোঙদা চঙবগী ঙাংনবিইঙদা খবা অমুক পল্লে। যাতুনা চঙলকপদা তুপীমচাতু লৈবমদবে। থংনবদা হংলুবদা মতুংদা ওকিসবনা কৌশিনখি হায়বকই। মেজদা চে মযামতু লৈবমদ্রে। পুশিনখিব্রা হংলুই। থংনবতুনা থোইনা খঙদে হায়বকই। মখা তানা হংলুবদা মা খুম্মক্তবে। থবক্তা মাযপুনখিবদগী নত্তে ফি যান্না লীক্লা-লান্না শেংপা লাইগী মেগাজিন অমা মুন্না ফাক্লুনা পাবি। সাত্তিন অতু মথুং অনীনা পাযবতুনা যোংকী অম্বাবা মনাক অমদা ফনা কুইনা লেপ্লুনা লৈ। মী অচং-অওক্পী অমক্তা ঙাযবা লম্বেল ওইনা তৌবদনা কুইবা যাদে, মীৎযেং অখাবা খবগা মীৎচানরুবদগী পৈথোক-খোত্তোক্লুনা, পৈথতুনা নপশিন্দুনা হোংনরম্বদগী লৈবা যাদতুনা অতুম থোকলক্লে। মপান্দা

হেক থোকলকপদা সোব ফুনবা ফৈ ঈংবা মানবা হুংশিং ফংবদা ওমচাম্নবা খবা ফৈ। গাঙ্গী থমফম শঙতপ অহুদা নীঙ্গাংননা ঙাইহাক ফম্মী। বেঙ্গী অমা চম্মী। মৈখেৎ মরু অনী তিংলবা ফাওবদা বেবী অহুস্থু ফৈনা মাইগৈ অমত্তদা চাক্তুনা লৈ। অমুক অনীবক যেংলম্মগা লাক্তুনা শৎ লংথোবখি। চীন্দা লৈবিঙৈদা চাকউ যাবমদবহুনা চেথী মরক অমদদি ফনা কুইনা অম্নুবা মৈখুগা লোযননা চাক্তুনা লৈখি। হুংশিং মাযবম থোক্তুনা হাকথী অমুক অনীবক খল্লম্মগা নোংথোন থৈদোক্তুনা লাকই। ওফিসবগী চঙফম থোঙ-লোমদা হাইজিল্লকই। লেপলম্মাবা নহা অহুনা চংবা যানোই মনুংলোমদগী পুনা পানশিনখ্রে হায়বকই। অরাবা রাফম অম'নী হাযহুনা অমুক্তদি চঙজগে কবিগুম্বা অমত্তা হাযজকুগে হাযকুই।

—অহুবু অচল ঐ ফাওবা চংহন্দ্রিবনি থোঙ লোনশিনখ্রে বমদৌসিগে।

হাযনবিঙৈদা মনুংদগী মন্দিলা খীংলকই। নহা অহু ফিংলপ্পা থোঙ থোক হাংদোক্তুনা চঙশিনখি। নোংথোন অমুকস্থু পীং। সাতিন মশাহুনা থোঙ মযাদা ঙাহুনা থনম্মে অহুগা থনম্বা যাদবা মখোক অহুনা পাযবগা হংলম লাকলমদবে অহুম চঙশিল্লে। নাক য়েত্তা লাপ্লপ লাপ্লপ্পা লেপ্লম্বা অনী মবাহুস্থু চঙশিল্লক্তুনা মাগী মতুংদা যাওবক্রে। মনুংদগী ওফিসর অহুনা কল্লপ্পা— —'এ, কৈনো, কৈনো! কৈনো লোইনা চঙঙকঅদি যাদ্রে যাদ্রে। শোযরে শোযবে।' মপান্দা ৱাকলম্বা নহা অহুনা মখূৎ অনীহু লাঙজা মশা খন্দোকপদৌনা খন্দোক্লগা 'এ, কৈনো কৈনো, মপান্দা থোক-ও থোক-ও! থোকও…।'

হাযদনা তকথোবকই। অমনী যান্না ইকাইনা হু হল্লি। নোংথোন অতু ঙসাইরাইগী হুপীমচা অতু ওফিসব অতুগী মনাক্তা নক্লা উবদা অমুবস্থ ফ্রং। মশা থক-থক নাকপা হৌবকই। নহাতুগী বুলদোজবগী মযাগুন্না হাইজিল্লকপা মখূৎ অতু শৎ ইন্থোরগা হাযবকই—

—ইবুংঙো ওফিসাব বাবু কবিনো লোযশঙ অসিনা তৌবিরিসিবো, ঙসি তবানি পু-বা স্থবে ইযাম্বগী ...

লোইফাব্রিবৈঙদা হুপীমচা অতুনা তপ্না হাযবকই—"অ · খুবা স্থমদৌবনি, খুবাগী চেতু ঙসাইনা থোকপ্রবনি· পুঙলোই লোইপ্রবনি। অসোমদা থোঙনা এলোমদা লৌবিকুবো।" খংফ ফববা নোংথোননি। অতুমকপু হাযহৌবগে মতাগুম চথবকই—

—যান্না যবে ইবেম্মা। (ওফিসববোমদা) মওংদি ইবুংঙো বাবু যান্না কায়ববা জাৎনি। ঐখাযস্থ লোযশঙগী থবক তৌজবম্মিবনি, অস্থমাইনা নোংমদা লোইবা যাবা চে অমবু তবানী চঙহনবদি

ওফিসবনা মাগী নহাতুদা ইঙ্গিৎ খজিব তৌখি। নহা অতুনা 'খুবা লেঙসি ঐ মফম তাকচগে' হাযদনা লম্বেল চিংবা হৌরকই। নোংথোন অতুম থোকলক্রে। থোঙদা লেপ্লগা নহা অতুনা খুদোম্বী থিন্দুনা মফম তাকলবই। হান্ননা খঙবা অহলনি থোইনা তাবমদনা চৎলকই।

চে লৌথোকফমগী থোংনাও অতুদা মা অতুম তিল্লম্মী, যাম্মবস্থ চগুংননা ইন্নবম্বদি তৌদে। এ মতা চাদৌবিমালে খন্দুনা চঙশিল্লকই। যেংশিল্লুই। চৌকিতু ইহাঙ হাঙঙম্মা মেজদদি চে মবোন অথাবা

অমা পৈবা উই। অকোইবদা লৈবা অমদা হংলুই— 'ইবুংঙো মসিদা ফম্বত্থদি কদায় চৎথ্রে?' তুংলোমদগী অমনা খুল্লকই— 'চৎথ্রেনে অমুক বদাযদনো কনাননো কৌই হাযদনা! চা থকপনি হাযদনা ঙসাইমখৈ চথোকউরবনি। লাক্লগা ফম্বদা ঙাইরি, চেবু অনী অহুম শুনা পীথোকলমথ্রি।' নাকন্দগী অমনা হাযবকই— 'অসি ঙাক্তনি ঐখোযগী লোযশঙশিংদা তৌবিসে।' অমনা ঙঙখিগুম তৌই— 'মহোয অসিবু রাবকপিনবসি লৈত্রিমানেদকো।' অহল নোংথোন অত্থু খোযদৌ অস্থুম অস্থুম শাউগৎলকই। মাগী নাখোঙ শাবী অত্থু অমুক হৌবকই। ইচঙ থৌনা হাযবকই—

—রাবকপা হাযববু ঐখোয প্রজানা রাবকদবনি। হেক্তা চঙহুনা ওফিসবদা লাউরুসিনে। ইচাশা, লাউনে হাযরুসি মহোযগী ওফিসব বাবু অত্থুদা।

'চুম্মী চুম্মী' হাযনৈ। নহাবোল অনী অহুম চৎনবা শেম শাগুম তৌই। নোংথোননা মাঙ থাহুনা মখোয মবী-মঙা চৎপা হৌই। খবা চৎলকপগী অত্থুদা থোঙনাওবোমদা মী চঙশিন্নখি, লাকএ লাকএ হাযনবা তায। তুং ইল্লক্লিবা মখোয অহুম-মবীত্থু 'এ, লাকএ'যে।' হাযদনা হু হন্নবকই, নোংথোন মথস্তা লেপহৌই। অমুক্কস্থু পীং লাউই। হে-রা! লাক্লদবু চঙগে হাযদনা চৎকে তৌবকপগী অত্থুদা নহা অমনা লাউবকপা তায— নোংথোন যাও-ব্রাই'যে, নোংথোন! তাবদা নোংথোন হুৎ লৈহুনা লাকই, হংলুই—

— করি নোংথোন হাযবা?

—ঐ।

—খুবানি, খুরাগী মিং নোংথোন কৌই।

মনুংদা ফম্বিবহুনা কৌশিল্লকই। ওমলম্বিবা মযাম অহুনা অহন্দা লম্বেল পী। মনুংগী মুপা অহুদা তরাম তরাম তৌহুনা চেহু লাম্বো-বক্লগা সোই তৌফম লাকফমবাহু নীংথিনা তপ্পা ভাব তানা পুক্লিং চঙনা তাকলকই। মুপাহুনা য়াম্না বেভার তৌনা বিদাই তৌবকই। অমুক্তা নোকপা থেংনখিদবা মনুংগী মুপাহুনা—'য়ারনি খুবা, ঙসিদি নংঙবোই হয়েং ঙস্তা লৌবিবো শেনদি। লেঙবিবো। খুবা মতাই মতাইদা চৎপিখো নহারোনগী গাবী খুৎথৌ অমা ওইনা তৌববনি হৌজিকসি। লেঙঙো লেঙঙো।' নোংথোননা চে অহু থেকচিন থেকচিন্না খোন কল্লপ্পা হাযবকই—

—ইবুংঙোখোয নহোযসে, ইপানা লাল্লক্তবা শে'লবদি-নকো—।

—খুবাবু ?

—খুবা শাপ অমা হঙ্গৎলমগে—।

—এ! কবি র'নো খুরা নচাশিংদবো।

—খুবানা লানজবক্তবা শে'লবদি, নহোযসে পেনশন লোইনা ফংবফাওদদি থবক তৌবা অহুগা মতুংদা বুইনা তেক্ত কাযদনা হিংবা ওইযুকো।

—খুবাবু খুবাবু। ওইজগে।

মনুংগী অমহুদা নত্তে অতাবা খবহুসু অহুম হবাওহৌই, মপানগী কাঙবু খজিক খজিক নোকহৌই অহুগা নোংথোননা কল্লক পে-ননা থোকলকই।

ইম্ফাল, ১৯৮২

●

# ইমৈসুনি, তৌরাসুনি, হঙ-হঙ !

অয়ুক অতু ঙল্লপ হৌগৎলগা, মফাং মফাংবা থবকসিবু কবম্বনা হান্না পাযসিবা হাযদনা খল্লিঙৈ, খন্নবিঙৈদা তাদ ধোজো অহু থোঙাল হাংদোক্লগা চঙলকপা উই। ঐ লকক্ তৌই ফুক হৌগৎলগা যি-বোল থোক শেৎচিনসিবা নভ্রগা লৈতে চথোকখ্রে হাযযু হাযসিন্না হাযনা খঞ্জানবিঙৈদা মাঙ্গোল মযাযদগী লাউবকপা তায— 'অ অসি, ইনাওবুংঙো ইনজীনিযব সাহেবপু লৈবিবা নভ্রো।' হৌগৎপা তান্নহৌবা মেলহৌবা নংহৌদে ইমানা যেনখারোমদগী হায়খি— "ইবুংঙো, ইচাদি তুপি-ও তুবাঙ-ও মৈতৈবং ফৈজোম-ও, মশকপু খঙভুদ্রেনা। চঙভু চঙভু লৈবনি।" —"অ ইন্দো'বেম্মা নচা বেস ওল্লে। ঙন্ন-ঙন্নবা পঙহোৎ হোৎনবি। খঙদে খ্বাইগী সেবাসি চান্নন হেক্তা তৌবগে খল্লে ইন্দো'বেম্মা।"

—"ফৈ-ফৈ ইচাসিদি লাইদ-লাইবেক্কনু। হাই নুপামচা, নুপামচা নযাম্বা লাকইহে। ইবুংঙো অতুম হেক্তা চঙশিল্লু।"

খল্লি ঐনা, ফনা নুংঙাইনা লেনজগদবা অযুক অমা শীগঙনব তাবেদনা। পন-লাক্তে কযাগা হঙ্গোইদবগা অতুম চঙঙকএ। হোযদা অযুক অসিমা মাঙথোকমিন্নবগা মাঙথোকমিন্নবেদনা হাযদনা তবাম্না ওক্কে হৌগৎলি। ঐথোয বোই মমাতুনা নাকল অমবোমদা মিপাই-বম্ব কৈনো, থোঙজিন মরুমদা ঙংহৌই—"যেংঙোই ! পঙয়াম যান্ন

হাপ্পুন্থকো। পে ফংদবা থা অম'নী শুবে হাযবিয়ুবো।" সেনি-মাইনি খন্নবগী তাঞ্জা পীবমদ্রে তাদ ধোজো; অত্থম চণ্ডকএ। হবাও হন্নাও অত্থম ফম্মিনবে।

ফমফাব্রি, ঐনা করি কমদোবা হংগে তৌবকপগী অত্থুদা মানা হান্না হংলকই—

— ইনাওবুংঙো হৌজিক্কী তকুকমখাযগী পাউছ্ তাহৌবা নত্রো?

— করি পাউ ওইববনো ঐদি তাজহৌদ্রে, খবা থেঙনা হৌবদনা...।

— এ, তাহৌদ্রবোবে। ফজগ্রবা লাউনি তাহৌবা ফৈনা। ইনাওবু বেডিওকাসিবু ইতা তাদব্রো?

— তাজৈ তাদা, ঙসিদি তান অমা চাহৌদ্রে। কবি পাউনো তাদদৈ তাথোব্লগা লোইবে কৈদৌবগে। তাদদৈবু বেডিওননা হেনগদ্রনে।

— এ, হেনথ্রে, ঙসিদি হেনখ্রে। মৰীক চুম্না মচা খাযনা হেক্তা পীথ্রে। পাউস্থ ফজখ্রে। ঙাকপিগনি অহুমলকথক্তনা মবক খল্লি। ফজগ্রবা কান্নগ্রবা, ইনাওখোয খ্বাইগী পুক্লিং লৌশিং ওইবা যাবা পাউনি।

— তাদৈসিবু ঙবাংলা নহাল্লা হাযখিবা অন্তবরাষ্ট্রীয আর্থিক অবস্থাগী খন্ন-নৈনবা অমদা সংযুক্ত রাষ্ট্র সংঘগী বিত্ত সচিবনা প্রস্তাব অমা · ...

— নো - নো, নো। মত্থনকা শোকপা যাবা পাউ নত্তে। ঙসিগীত্থদি অত্থগুম্বা পাউনাউ নত্তে মপীনি, পাউর্বানি। অস, তাহৌদ্রবকো। ফজথ্রেবো সৈত— বযামুক ফজগে'বু ......

চা পুথোরকপা বোই মমাস্থ তাগদবগী ঙাইহাক লেপ্পি। ঙাইহাকস্থ ঙাইবে। চাক মৈ থাগত্তৌ ঙাইববনি। হাযবকই—'পাউত্থ তাবসি কৈদৌগে তাদা।'

—ইচনস্থ তাহৌগেবো। ফৈ তাসি। 'স্থম হাযবা—

হাযবম্মগা রুমাল লৌথোক্তুনা মচীন অত্থ তপ্পা নাম্বোক খোত্তোক্লগা চা অত্থ তপ্পা চিংই। তপ্পা থম্মগা তপ্পা ঙাংবা হৌবকই। পাউত্থ ওইবমগদৌবোই নীংলুবে। অত্থগদি চা-মনা চপতি চাবগা চিনী খজিক্তং হেল্লি মাদি অথুম্বা চাবা যাবিবমখৈ থাদোক্লে হাযবগী মতাংদা শাংলপ ঙাংত্থনা লৈবে। ঐখোয' মমাগী মফাং অত্থগা ঐদি ন্থংশাবু থীরুরে। ইফীং ফীংগুম তৌবম্বত্থনা তপথবা যাবমখৈ তপথবগা হাযবকই—

—হেবা 'সিনিদা। খ্বাইবম্বন্দ বাজারদা লমলোং মবী ফাংবা, নেসনেল হাযরেদগী হেক হাইজিনখিবগী সিবীদা কৈনো অমা লৈদনা ··।

—লৈনে, বাজাবলোমদা হাইজিনখিবত্থ নল্লো।

—হো অদো। অত্থগী মনাক্তা সোবোক মযাযদা অহোবা কোংকুৎ অমা লৈবা কুইবমাল্লে। কোংকুৎ অত্থ থা তরুক-তবেৎ স্থবকপগী অত্থদা, হন্দক মরক নোং লীশাঙ শিংখিবা যাওবত্থদৈদা খবা লাওথোকঅমালে। ঙবাং ত্থমিদাংত্থ বিক্সা মবী মঙা পুল্লপ তাখিববু ফনা য়াম্না থিবা খঙল্লে'যে।

—মবী-মঙা হায়বা তাদা? (ঐখোয বোই মমাত্থ ফন ফজনা ঙকখি।)

—হ। অহুক্তি যামদমাল্লে ইবেন্মা। ঐনা অনী অহুম হেন্না হায়খ্রমালে। অহুগা রিকসা তাখিবসিদি শোযদ্রে। পাউদা পবেং অনী ফজনা যাওবে। ফনা ফজনা তা-মাল্লে। পল-লাক্তেয়ে মপুম ওইনা য়ুংনা হেক্তা হাইথখিবা ওইরমাল্লে— মীস্থ কৈস্থ। সিবু অঙকপা নত্রো ইনাওবুংঙো!

ঐঙোন্দা শংত্রিক যেংলগা চা চিংখি। ঐনা চুকপ অনৌবা অমা চম্মগা হাযকুই—

—কবি ঙকফম লৈগেনে তাদা! সোবোক মচা অমদা লৈবা কোংকুৎ মচাদবুদি বিক্‌সা তাদ্রদি বুলডোজব তাগদ্রনে হাযবিসিবো!

—অহুস্থ ঙাইববু কল্লবা, খাঙববু কল্লবদি তাবকখিনি, উবকখিনি। ঐখোয মৈতৈদি খাঙবা কনবদা হাযনবিবনি। খাঙবা কনবদা নত্তে ইবুংঙো কুম্মৈদস্থ জযপত্র ফংনখিবনি, ঙসাই অযুক মম্মিঙৈদগী মীনা ফিঙৌ ফৌরম্মনি। চাক্ল-চাযনকা ঙন্ন-বম্মবোই। ঐস্থ ঙাইহাক যৌকুসিরা হাযদনা থোবকইনি।

—চুম্মা তাদা, তুম্বাগী শেন থৌহৌবা চুম্মা।

—হাকুম হাকুম অমবা বৈনো কংলা পার্ক তৌথোকপগী কুমদো মহুদা ফনা কান্নহৌই, বুইববা ৫০ গী বোত ভুবীদা চঙনখিবা কুইনা উন্নখিদ্রবা মকপ অমা থেংনহৌই, ভোৎস্থ ফনা য়াম্না খোমহৌই।

—অহুনি তাদা, ঐখোযগী বুম্মৈদি রাত্তে, চীং ককপা, পাৎ ফুম্বা, কঙ কোৎপা, কনাগী মী পুথোকপা—কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্লি।

রাৎপস্থ যাবা নত্তে। থা খুদিংগী লৈবা কুম্মৈসি কোম্নবোই-দৌবে। তাদনা হন্দক কাবা থোক্লবদি কুম্মৈ-ফিযোংগী মন্ত্রী-গুম্বা'মা পাযবিরগা যাউশঙগুম্বা, কাংগুম্বা, লাই হবাউবগুম্বসি চহী অমদা তবেৎ তবেৎলককুম্বদং পাঙথোক্লবা শীনবিবম্মু। অতু ওইববদি তাদা, মীখল হেক খূদিংগী তাদনা শেৎলে, লেপত্রফাও কাবে। থংন-থংননা কুন-লক্তুং কাববা শোযদ্রে চিপ-উপ-প্রধান স্থপ্রিম মন্ত্রী ওইবা।

—অস। অতুগুম্বা মন্ত্রি বু লৈব্রনে ইনাউ সাহেব?

—কবি লৈতনি' লৈবা যাদবা ফম্মু কবি লৈবিগে। চৌকি লৈবগা লোইবে। মিংগী রাদি অখঙ-অহৈ ওজা পণ্ডিত কয়ামুক লৈবি, সব-কমিতি বুনমুক্তং নমশেম নমশেম হেক শেম্বদা গ্যান-বিগ্যান, পুযা পুবান, নুংলান কনাগী রাংডুবোন, উংডুবোন যোৎঙুবোন, সাইকোলোজী মাযকোলোজী নাইকোলোজী খোখোপ্পা লৈজবক্কনি। হান্না লৈতে হাযদনা লৈহৈদে হায' লৈপোৎ নত্তে। মশানা অতুম লৈজবক'পোৎনি।

—চুম্মী সাহেব অতুবুদি শোরোক মযাইদা লাংখোং লৈবকইবসি-ঙাই-কো।

ঙাইহাক রাবী শাবম্মগা তাদ ধোজো চৎখ্রে। ঐনা ঈকুজবিঙৈদা চিফ ইনজীনিযবনা ফোন অরুবা অমা তৌবকই হাযদনা নুপীনা হাযবৈ। পম্ববা যাদবা মবমনি হাযবনা চেনশিন্দুনা পাযরুই। মানা ইফিং ফিংনা খাইদৈ রাংবা ওথোবিটীনা হৌজিকমক কৌবি ফাইল কযামুক হৌজিকমক পাম্মী পীববাও হাযবকই। ঐস্থ খূদক্তা অতুম চেল্লে।

ঐনা চঙখিবদা সি, ই, গী ওফিস অতু ঙস্তানা মী চরাং চরাংনবম্মে। ঐগী ওফিসতা লৈবা, মানা পীয়ু হাযবা ফাইল তবাহুমদোইগী মনুংদা, 'শহব মনুংগী লম্বী' হায়বা ফাইলতুনে, লম্বেল মোরামোতকীনে, মবক্কী থিকা হাযবতুনে অহুমদং ফংতুনা পীখি। অতৈদি সেকসন ওফিসব কৌবগা থিদোকহল্লগে অতুগা পীরক্কে হাযরুই। মানা 'ম্যুনিসিপালিতীগা মবোল ফাওদোক্লবা' হায়বা ফাইল অচৌবতু হান্নবা খূদক্তা লৌবগা হৌজিকমক চেল্লকউ হাযরম্মগা চেনখ্রে। গাবা থৌবমদাইদা মঙক লিথোবক্তুনা অমুক্কস্থ হাযবম্মী। ইপা পাখৎনা মমীৎ-মনা লংখত্তুনা ফাস্ত গ্যাব পানখি। মাগী মথংগী গ্যাব অতু অহানবদগী মবাঁশুবা অতুম তাখিবা মাল্লি।

ঐনা ঐগী মরুপ এ, ই, দা ফোন তৌই, এ, ই, অতুনা এস, ও, কৌখি, এ, ও, অতুনা হেড ক্লার্ক কৌরুই; হেড ক্লার্কনা স্থপবিনতেন্দেন্তকীদা মী থারুই, মানা দিলিং ক্লার্ক পুতুনা লাকই। দিলিং ক্লার্কনা বোইজাও অমা অনীরক অহুম্লক ফাকলুবগা সেক্রে-টবিযেৎলোমদা লৈখিবগী থাজবা অমা পীবকই। সেক্রেটবিযেৎতা মী অহুম থাখি। মখোয় অহুমতু পুং ১১½ গী অতুরাইদা চৎমিন্ন-খিবনি হল্লকপদদি তোঙান তোঙান্না পুঙখায় পুঙখাযমুক কান্ননা লাকই। অহানবগী খবা নহা অতুনা অরাংলোমদগী বিক্সাদা তপ্না হাইথবকই। হংবদা মখোয অনীনা সেকশন খাযদোক্লতুনা থিহৌবি পুবকঅনি হায। অনীশুবতুনা ভনন্তা মযাগী পোৎযোনবী অতুগী মনাক্তা নীঠা পত্তিগা হাইনোক্না চাতুনা লৈবম্মী হাযদনা থিকাদাব অমগা চৎমিন্নবকই। হংলুবদা অমতুনা লৌরুবগা সাবদা পীনি

হাযদনা চৎথ্রবনি হৌজিকফাও লাক্রিদি কবিগীনো হায়দনা ওখাক্লা শাউরৈ। ঐনা ঐ হেক্তা থিরুরগে হাযদনা থোকলকপগী অতুদা প্লাস্তিক্কী খাও অমদা এনশাং-নাপী খবা পুবগা ফাইল অতু পীক্লা কোনশিন্দুনা ওয়না পাযবগা চঙঙকই। শাউনা হংলুবদা মুপী কৈথেল মনাক্তা লৈবা শহর মহুংগী গাবী ওফিস অমদা লৈরমতুনা কয়া রানা থিরুতুনা উচীন-নাচিন্না ফংলুবগী অরাবা লীথবৈ। লোইনা তাবমদবে ফাইল অতু তাপ লাক্লগা ঐস্থু হেক্তা পাইবে।

পুঙ মঙামখাযগী সাইবেন মখোন্না হেক লোইবগা ঐনা ওথোবিতী অমগী শঙলেনগী মাঙ্গোন্দা কাখৎপগা চপ মান্নে। কবি কবম্বা মওংগী অমানবা মবম অমা ফজনা হাযবগা খবা হেন্না থেঙখিবগী ইকাযবা কোক্লসিগে খন্না খন্না লাকপনি। শাউগল্লিবা হায়ঙম তৌঙমত্রিবা সি, ই,গী মওং অতুদা ঐ ফনা কিনা চঙই। ঐনা থোঙজিল হেক কানশিনবগী অতুদা মা নাকল অমবোমদগী যান্না হবাও হবাওনা থোকলই। ঐবু হেক উবদা চংলসি হাযদনা অতুম থোকলক্লে। মা মাযথোঙ মকা লান্না উই। ঐস্থু অতুম থোকমিন্নবক্লে।

গাবী মহুংদা মানা তম্মী—"কদাযদৈ কোম লৈদগেনে। চেদা অহো-অবাক কৈমতা লৈতে। শেমখিবগী, মোবামোৎ অনৌবক তৌখিবগী চে-চাং লোইনা লৈ; থবক লোইবগী রিপোর্ট, যারে ফবে হাযবগী সার্টিফিকেৎ খো খোপ্পা লৈরম্মী। বিল পীখিফাও কুইবমত্রি। কনানা কবি হাযজিল্লম্মনো মন্ত্রী কযা শাউনা লৈবম্মে। ফহৌবে ইতে তেহৌরে। চে ময়ামতু ঐনা লোযনা উৎপিবতুদদি মা নে হেক তাই।"

ঐনা মবক্তা হংখি—অহু সাব, মখোয়গী বিক্সা তাই-খোৎলি হাযবগী পাউহুনা কমদোবা জানো?

—এ। রিক্সা তাগে তাসহু, টাটা থৌধগে থৌধসহু ঐখোয়গী ডিপার্টমেন্তকী দায নত্তে। মন্ত্রীনা স্থপ্রিম ওথোরিতীদা কেশ অসি চীং তুবেল বিভাগতরা, ঙাগী বিভাগতরা, ঈশিং খোংলম বিভাগতরা থৈদোকখিনবা হাযগ্রনি হায়দনা দ্রাপ্ত তৌহৌ-ববনি। অদা, ইবুংঙো জীবোন বাবু—

—তাকপিয়ু সাব।

—মসিবু ঐনা খনবদা, ম্যুনিসিপালিতীগী শরুক ওইবোইদ্রনে? হা। মাল্লিনবো?

—হোয।

ঐনা থুমখি মাগী পোইবৈ যেংহুনা। অহুগা ঐগী ওইনা খনবদদি ইতিহাসকী বিভাগকুম্বা, জিওলোজীগীগুম্বগী শরুকস্থ মান-গুম তৌই। তৌবগীদি মীযাম তিনবগী হাযকুববদি কলা অমদি সংস্কৃতিগী লোযশঙগা ভৎন-থানবা যাদ্রবা মবি অমা লৈরমগব্রা হায়বসি খন্থদবা ঙমদে— ইপানাৎ-ইপুনাৎকী রাফম অসিমস্থ লায়থোকপা ইযামক যাদ্রি। মন্ত্রীজী অহুনা কবম্বা লোযশঙদবু থাবমগবা। মাগী দবখাস্ত অহুদা কোর্ট ফী-মক নপত্রবস্থ এম্যুজমেন্ত টেয়কী টিকেং অনা-মব দংদি নপ্পনা চুম্মিদ্রা।

চুডার্চাদপুব, ১৯৮২

●

# কিমকুব্র ত্ সনজয়

ঐগ্যা নিতাই অশেংবা ব্রাহ্মন-দ-ব্রাহ্মননি। মশা এম, এ, নি; দর্শন মাগী হীবমনি। যান্না রাংনা পাস তৌই। মীরৈবাক্কী কোলেজ অমদা ওজা ওইনা মতম খবা থবক তৌবম্মী। মমূদ তানা তম্বী তাকপিবা অমদি পরুরানা য়ান্না যাবা ওজা অমা ওইবম্মনি। মধৌ ঐগ্যাহন অহুনা যান্না শোল্লব্রবা মতমদা কৌথোকপনি। পীশক পীব্লিঙৈ, মবোন থোকপোই থোক্তবোই তৌবিঙৈদগী (মমাম্মু মপাম্মু তুংথংমাংথা শিগ্রবনা) মধৌ অহুনা মমা মপা শরুা নাউকোল্লকপনি। মধৌ অহু লৈবাক্কা শরুাইবা ওজা গুরুনি সংস্কৃতকী যান্না চাউবা পণ্ডিতনি। সংস্কৃতকা লৌশিং অমদি সেবাগীদমক্তা সরকারনা পুন্সি লোইবা ফাওবা শেনগী মতেং পীহুনা ইকায় খুন্নখিবা মীওইনি। মধৌনা মানা খঙজবা তানশিনজরুবা মহৈ পূন্নমক অমত্তা থাক্তুনা শিন্নবগে হাযবগী মওংদা মশূ নিতাইবু লৈজবা থাহুনা শেম্মকই। সংস্কৃত মশানা তম্ব।বকই দর্শন মশামরুা হুতিমক্কী নিযম অমা ওইনা তম্বীবকপনি। ম৮া অমদি মশূগী অপুনবা হুংশিবগী মথক্তা মঙোন্দগী মাগী শাগৈ শন্দোকহৌবা ভাববনি হাযবগী অন।ংবা অমগা ঈবোযননা মশূবু শেম্মকপনি।

মশূ নিতাইসু মতা চাদ-লাক্তবা পাত্র নত্তে। তাকপগা থঙবগা, তম্বীবগা সফা ওইবগা মধৌগী অশেংবা মশূমক্কি, মীনা ভাঙনৈ।

অহল অতুস্থ লৌশিংগীদা নত্তে থরাই হকচাং যাওনা ওইবা পণ্ডিতনি। শিগদবা ঙাইহাক্তা ঙাইববা, থৌবাং পূন্নমক (মা মশানা হাযবদগী) লোইরবা, লাইবিক তাবগদবা মতাং ওইববা (তৌবগীদি লাইবিক্তি মা মশানা যাদবদগী তাখিদবে) মতাং অতু যৌববা ফাওবদা মশূদা (অমদি অতৈ পকুরাশিংদা) য়াম্না রানা চীঙ লেম্না মোমোন তৌতুনা তাকখি—

বাপূ (নিতাইবু মানা বাপূ হাযবদগী হেন্দে) নহোয রাবা যাদে কপ্পা যাদে। ঐনা নহানরাইদগী তম্বাবকইবা পূন্নমক্কু গী পবীখানি হাযনা খল্লু।

য়াম্না রানা মতিন অমুক্তং যোংলুবগা মথা চথবকখি—

থরাই মাগীদমক্তা নুংঙাইবিকুভম রাবিকুভম থোক্তেনকো। মাদি কবিগুম্বা মতমদস্থ লৈখিবস্থ নত্তে লৈখিদবস্থ নত্তে। ঐখোয পূন্নমক অসি লৈখিদবা লৈবকখিদবা নত্তে লৈখিবা লৈবক্লিবস্থ নত্তে। তুংদস্থ লৈবক্লোই হাযনীংঙাইস্থ লৈতে লৈবক্কনি হাযনাংঙাইস্থ লৈতে। মাদি পোকপা নাইদে শিবস্থ লৈতে। লৈবস্থ নত্তে লৈত্তবস্থ নত্তে। মাদি মতমনি ···· মতম ·

নিতাই বাপূনা ভাব তাবকপদগী হংলক্লিবা হৌজিকস্থ হংতুনতা লৈবিবা রাহংনি, হৌজিক হৌজিকমবস্থ (চিংঙৈসিমক্তদা) হংলগা খল্লুবি—'মতম? বনিনো বনি পোৎনো?' বি, এস, সি, দা মানা তমখি—মতম অসিস্থ দাইমেনসন অমনি। মবাক মযুং অথাবা অসি নত্তবা অতোপ্পা দাইমেনসন? কবি দাইমেনসন পোৎ অমগী কদায়দা

লৈবা দাইমেনসন ? মতমদা লৈবা দাইমেনসন। কদায়দগী হৌবক-খিবা ইহান হেক হানবা মতম অদো অহুগা পুমলোই হেক লোইবা মতম অহুনা কদাযদা ? সাইন্সকী রাংলবা চেফোং অমদা মানা মমুদ তানা পাখি—( হৌজিক ফাওবা মরক মবক্তা মুন্না মুন্না খন্থরি ) ঐখোযগী হুমিং হুমিংকী ইমুং-মনুং অস্থম পাথোকপনা নেবুলা গেলেক্সী, অসিগুম্বা গেলেক্সী অসিগুম্বা লাখ লাখ মবক অহুদা ঐখোযগী হুমিং, অসিদগী শরুক কযা কযা চাউখ্রবা থরানমিচাক, হাযবিবা মখোয অমমমগীস্থু ইমুং-মনুং অমমম, মখোযগীদনা মতম অসিবু কমদোনা লৈবিবা। ঐখোযগী মিকুপ, পুঙজা, নোংমা, থা, চহী, যুগ, পূন্নমক ঐখোযগী হুমিংকীনি। ঐখোযগী চক অমদি গেলেক্সা অমগী হুমিং মচা অমগী চব-অনীসি কবিনো ? পূন্নমক অমদা নত্রগা অমদা কোযনা কোযনা চংলি। থানা পৃথিবীদা, পৃথিবীনা হুমিত্তা, হুমিং অসিনা অমুক মাগী ইমুং মনুং পুল্লপ পুহুনা লৈ লৈহুনা কোযনা চংলি কবিগুম্বা হুমিংকুম্বা অমদা। হুমিং অচৌবহুনা অমুক মাগী অচৌবা ইমুং মনুং অহু পুহুনা অতোপ্পা অমদা কোযবম্বা যাবা। অহুনা অমুক অহুগুম্বা অমদা কোযবম্বা যাবিবা। অস্থন্না মথং মথং কোযনবনা পূন্নমরা লৈনা লৈনা কোযবগী চাউরবা মযাম অহুনা কবি ? মাগীদনা মতমসি কবি ? খল্লু খল্লুববা মতুংদা মতাং অমদা মমিং অমা থোন্দুনা শিন্নবম্মী—ব্রহ্ম অস্থপ্পা। অস্থপ্পা অহুগী পীকপদগীস্থু পীকপা পীশক পীকপা অমা ওইবিবা মী, মীগী হকচাং। মধৌনা তত্তনা হাযখি—

মীনা অমনবা ফি অমা থাদোক্লগা অনৌবা অমা হোংবগুম

থব্লাইনা হকচাং অমা হোংবনি। অনৌবা ফীজোল ফংবদা হরাওগদবনি কপকদবা নত্তে বাপূ।

মধৌনা মমীৎ তপ্না তপ্না উইশিনখিতুনা কোল্লম্বা মথাং চপ তিংথোক্তুনা উতুপ তাগুম তাবকপা মতমদা বাপূ হবাওবমক্তি ঙমখিদে অত্থবু কপতি কপখিদে। মানত্থম মনেশিং মশেনশিং মনাওশিংদা কপ্তনবা রাদনবা থেমজিনখি।

মধৌনা থুপখ্রবা মতুংদা বাপূ মাবৈবাক্তা চৎলুদবে মবৈবাক অসিদা মধৌগী যাথং ইন্দুনা লৈবে। পুক্কাদমক্তদি কবিস্থ স্পূদনা খূত্তা হামত্থনা চাবা যাবা মবল থম্বিবম্মবা নিতাইনি। শেন্দান লম্বীগী ওইনা থবকতি তৌদ্রে। অত্থবু লাইবিক তৌবা, ধর্ম কর্মগী পূজা জৈগা ময়ামগী যাইফনবনি খন্দুনা হাযবিমখৈ সংবু সংলবদি, মফম খাযদে, মতম থমদে, চৎলি মযামগী সেবা তৌবি। মনা-মগুম ফংলকপগী নত্রগা মচা-মশূ কুইনা লৈরুদবদগী মানা গোপাল সহস্রনাম থীরুবদা মনিত্তা মচা উবকপা মমা মপাশিংনা কৎলবা সিধা তবাম্না ওকই। নৌনা মমা কাযনবা কাযনবাশিংদা শন্দোক্না তাকই—

ইনাঙ্খো, ইচনঝা, নখোয ঐখোযনা খাম্মুত্থনস্থ যাবরোইদবা চৎথ্রবা লাযওইথ্রবা মহোয়গীদমক্তা রাকুবা কপ্পুবা কান্নদে। অহান অকোনগী রাদনি ঐখোয পূন্নমকস্থ মহোযনা চৎথ্রিবা মফম অত্থদা নোংমা নত্রগা নোংমা স্থংশোয় হেক শোযদনা চৎপা তাববনি।

বিগ্যানগী সভাদা য়াঙবদগী যাঙবা মঙালগী খোঙচৎ, হৌবদগী

হৌবা বিগ বেং, পীকপদগী পীকপা এ'তোম, প্রোতোন, লূম্বদগী লূম্বা, মশাদগী মঙাল ফাওবা নাম্থোকহনখিদবা থরানমিচক— পুন্নমক্কী খোঙচৎ থূৎশেম মওং পূন্নমক তাক তাক্লু্বগা পুন্নমক অসি কনানা ওইহল্লকপগে হাযবা রাহংগী পাউখুমদা কবিগুম্বা কনাগুম্বা অমা শোযদনা লৈ হাযবসি উৎলি। মসিবু কনানা মহা শক্তি কৌই, কনা অমনা ঈশ্বর কৌই কনাগুম্বনা অমুক শিদবা মপু কৌই হাযনা শুগাযনা তাক্লবা লাক্লে। হুংঙাইবদা, অরাবদা, নৈনবদা, ঙাঙনবদা ঐগ্যা নিতাইগী শকফম থোইনা কাযবা উদে। তশেংনমক ঐগ্যা বাপুবু নহা অহল, হুপী অঙাং থাক্তনা পুন্নমক্না ইকাইখুম্নে।

নিতাই যুম পাল্লু হাযবা যাম্না কুইনা যাকুদবে। হাযবা যাবা, তকপা যাবা ইনর্শিনবা যাবা কযানা মানা মানা ঙমজবা খঙজবা মওংদা হোৎনবে। লাইবিক লাইস্নুদা রাখলদা লমচৎতা মবৈগী যুমফম ওইখিবনা মাগী অনাংবব্ খৈদোকহল্লুবা ঙমদবনা পুন্নমক্না খন্নে—চুম্মে ঐগ্যা অসি লম্বোই-তুবোইবদোনা অসুম্মক লেল্লগনি। তশেংবসু সাধু সন্যাসী অমগুম লৈবা হৌবক্লবনি। অদুবু মধোগী অবোইবা অপাম্বা অমগী যাথংদি মা হিক্তোক্কে খন্দে। অবোইবা ওইনা মমাং উইশিল্লক্লবা মতাংদা মধোনা হাযবম্মী ..... বাপু ঐ চৎলগে। নঙনা চৎনাংবা লম্বীদা চৎলু তৌনিংবা নথৌ তৌ। অদুগা শাগৈগী ঈচের্নদি থকহনবা তৌগনু চাদা-নাউদাগী ঈচেল ঙাকপসি তাইবঙগী ধর্ম অমনি ..

যনা যাম্না থেঙলক্লবা মতমদা, যাম্না হেন্না থেঙমনবা হাযবদুদি য়ৌদ্রি, বাপু নিতাই যুম পাল্লগে লেপ্লে। হাযবা য়াবা, তান্নবা য়াবা

থন্নবা য়াবশিংদা যান্না কোন্না চন্না হাযদোকই। অয়াম্বনা ঙকই। মাবু খংবিবশিংদি অতুক হান্না ঙক্না থোক্তে।

মাগী যাকাদা ঙাইতুনা লৈবক্সতু মঙাই ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বয়া লাবই কযানা মী থাবকই। নিতাই যান্না পাম্মুবস্থ তৌদে খল্লুবস্থ তৌদে। মবকন্সিদা অমুক মঙোন্দা শাগৈ-জাৎ, জাৎ-বিজাৎকা রাস্থ থোইনা থমদে। খোযদাকবা খন্দোকলুবগী রাফমস্থ লৈতে। তপ্না ঈংনা লিবি থোইবিনা বাইদ কাইদ পাইবা লৈচিনগুম মোং হাদে, অতুম চথে।

পুনখিবা লৈপুন যোমখিবা খৈযোম মহাশক্তি মাগী অনীংবনি। নিতাইনা জানকীবু লুহোংতুনা লৌবে। চাউনা হোঙদে, লেন্নগে মতাগুম তৌদে। শাস্ত্রনা যাবা থ্বাইদগী লাযবা ইচম চম্বা মওংদা হোঙই। জানকী মতম ফনা ইনখৎলন্রিবা মতমগী ঈবেন্দা নীং-তম্না খোঙদারিবী তুপামচানি। নিতাইগা চহী বুনমুক খেন্নে। কেবা হৈবগী রাদ নত্তে মশক-মতৌ রাৎপা নত্তে। মস্থং মমান্নবা কযাস্থ লৈতবা নত্তে। পূন্নমক অসি ওইনা ওইনা, লৈনা লৈনা জানকী নিতাইদা লৈবে। কপ লাউতুনা চবা কযা হেন্দুনা নিঙাই তৌখিদবদি নত্তে। অতুবু লৈপুন ওইখি। নিতাইগী নহা ওইবিবা সেবোক সখাশিংনা হাযনবা রা লৈ—"হেন থোইবা মাগী অনাংববু কনানা খঙবা ঙমবা।" চহ বোমদা খজিক লৈশিনখি হাযবদনি মশক রাৎপা নত্তে মগুণগী হাযকুববদি থ্বাই তবানা ইকাই খুন্নবিবা তুপানি। থা অনা-মবীগী ঈথক-ঈবাং মতুংদগীদি অমনা খজিক হন্দোক অমনা খজিক চঙশিন উচন অতুম্মক চানখ্রে, শীংচেপ মরু ওইদে।

ঐগ্যা নিতাই নৈনবদা হেন্না থরাই যাওখৎলকই। মাগী ব্যাখ্যাদা অপঙ-অশিং অহৈ-হৈত পূন্নমক ময়েক শেংনা নুংঙাইবকই। মাগী হৈ-শিংবা মওং অমনা তিল্লিবা মীওং, ফম্নিবা মফম অমদি থোক্লিবা থৌদোক যেংলগা মানা পুশিল্লিবা ব্যাখ্যাগী নৈনবগী অমদি তাকপ-তম্বগী চাং লেপ্পি। পূন্নমক্তা যানৈ। মাগী থৌবানী নহাক্নু মতাংনা অশেংবা লোযনবী অমা ওইবকই। পূন্নমক্তা থাগৎনবকই।

থৌবানী জানকী মশা লূমশিল্লক্লে। নিতাই মবুক্লিং লৈতাবকই মথৌবু হন্না হন্না নীংশিংলকই। লাইগুম্না খনজবা মথৌদা ভক্তি কৎলকই। অতুমকপু কা হেন্না নুংঙাইকুবা হবাওজকুবগী রাফমদি থোইনা উদে। মপান্থোংদা অওনবা কৈস্নু উদে। শিন্থা পাঙবগী পেনবা নত্তনা অওনবা থোইনা লৈতে। লৌশিংগী লম্বেনগা পুন্সিগী খোঙথাংগা ঈবোযননা চৎমিন্নবগুম তৌই, নোংজুগী ঈবম মচা ওইদবা তাই, ঈবেল ওইবা তাই হাযনৈ।

জানকীনা অঙাং উন্নবমদাই ঙাইহাক অহুদা লাইশঙ হাংদোক্লুনা পূজা মচা অমা তৌই। অঙাং অহুগী যাইফনবগীদমক্তা হাযহুনা শ্লোক খবা, যাম্না পামজনা থাজজনা থী। ঙাইহাক লৈবগা মাগী কাদা চঙশিন্দূনা ফমথৈ। ফমথবতা মঙাইরি মাযোক্লবী অহুনা তহা-তহা চেল্লক্লুনা হাযবৈ—

—ইবুংঙো, বামোনবুংঙো। মওংসি চারোইদৌবে দাক্তবদা পুবসি।

—পুদ্রবস্নু যানবা ডাক্তব অমগা নর্স অমগা লৈববহুদি ইন্দোন ?

—মহোয'নীনা হায়বা রানি।

—হা ইন্দোন।

নিতাই খজিক চিংনবপ তৌই। চঙশিন্দুনা তান্নকই। পুবসি হাযনবে। মবম হংবা-তাকপগী মতম লৈত্রে, মরুপ ডাক্তব অতুগী গারী লৌরুবগা খূদক্তা পুখৎলে। হেক যৌবগা পন্থ-লাকথদে ওপবেশনগী কাদা অতুম পুশিনগ্রে। চান্নবা মমশিল্লকপা মতমনি। কুইবা নত্তে, ঙাইহাক লৈবগা মনুংদগী অঙাং কপথিবগী মখোল তাখিগুম তৌই। মপান্দা ঙাইরিবা মখোয় খবত্থু অমগা অমগা য়েংনরগা নোক্লে। মযাম নিতাইবোমদা পুল্লপ যেংলকই। নিতাই থোইদোক্লা মোং-হাদে। রুমাল লৌথোক্তুনা মচীনবান খজিক তৈথোকখি। ঙাইহাক লৈবগা নর্স হবাওনা থোকলকই হাযরম্মী—

—কঙ্গ্রেচুলেসন ঐগ্যা, মুপানি।

মযামত্থু হবাওনৈ। জানকীগী মমাগা মপাগদি অঙাংদ অঙাং মচাত্থু-ঙাইগ্রে, চোংদে লাউদে হাযবত্থুদা মঙাইবে। লৈকাইগী মমা-মন্দোনশিংত্থুনা চাক থাঙবগী লীলা অনী কৌবগী রা হোদোক্লবে। মচেশিং অমদি লৈকাইদা পাউ তম্মুনবা বিক্সা অহাংবা অমা তন্না চেনশিনগ্রে। নিতাইনা অথৌবত্থুদা ভাবা চাউবপ পীখি। মচে অত্থুনা চৎনা চৎনা মন্দোনশিং অমদা হাযবা তানৈ—কৈনোনে ঐখোয' ইবুংঙোসিবু হবাওবকাইত্থু হৈত্রজাংলনে।

পাউ তাত্থুনা ভহা-তহা, লম্বেল থোক্তুনা, হাইজিল্লকপা মরুপ নহা অনীত্থু অফবা পাউ তমত্থুনা থিন্দোক্লুবা হনজিল্লকপদা চাবোকপী লৈবিবা স্পেসিয়েল রার্ড অদোমদগী নর্স অমা অযাঙবা খোঙথাংদা চৎলকই। লাপ্লপ তাবিঔদগী হৌনা হায়রকই—ঐগ্যা অমুক্তা লেঙশিনবিবকখো। নিতাই প্র-প্রপ চঙশিল্লি। মানা কাদা মখোঙ

হেক কানশিনবগা লৈবস্বা ডাক্তব অমনা জানকীগী মমাযদা ফীঙৌ অত্থনা তপ্পা বুপশিনখিবগা চপ মান্নে। নিতাইনা চঙশিল্লক্লগা ফি অত্থ হাইদোক্তুনা যেংই। ঙাইহাক যেংলম্মগা লেপ্লিবা ডাক্তব অত্থদা ঙকলপ যেংখৎলকই। ডাক্তব অহল অত্থনা নিতাইগী মবেংবান্দা মখূৎনা খজিক নাল্লগা হাযবকই—সোবী মিস্তব শর্মা। চৎখ্রে।

—কমদোনা! অস্থক থুনা ডাক্তব?

--থোইনা কান্নববোইদবা রাহংনি শর্ম্মা। ভেবী সোবী।

নিতাই মখা তাদে। ডাক্তবদা ঙাইহাক যেংত্থনা লৈ। ডাক্তব অনীগা নর্স অহুমত্থগা মবা-মবী থোকখি। লৈশিল্লক্তুনা যেংলকই। অমনা অঙৌবা ফীশাং অমনা কুপ্তুনা তুম্পক তাবি অত্থগা অমনা হেক নাকন্দা, থেঙলবা অহীংগী মতাং অত্থদা মমীৎ তরু-তরু পাঙত্থনা মখূৎ অনীত্থ ফি মন্থংদা খাঙতপ খাঙতপ্পা হাইত্থনা শান্নবি। কাত্থদা লৈবিবা মা খবত্থ উয়ুংবগুম চপ-চপ লেপ্তুনা লৈনৈ।

নোংমা, থেঙলবা অহীং ওইবম্বদগী ঙানবা হৌবল্লবা অচীকপা মতাং অমনি। নিতাই মাগী কাদা চাউববা হক্লবা লাইবিক অমা অখন্নবা তাঙ্কক অমা ফাক্তোক্তুনা মুন্না পাবি। হেক থংনবা কাগী মথংগী কাত্থদা মবুক লামত্থনা মীকপ থোল্লবা অঙাং অপিশক অত্থনা মনে অমগী নাকন্দা কপ্লি হঙা হঙা । অচীকপা অমদি অকপ্পা অনাগী লাংদাই অত্থদা ফক্লাংগী ঘড়ী অমনা গ্রহ অসিগী মতম তাক্লি। চৎলি—তেক-তেক-তেক। পাবিবা ব্যাখ্যা অত্থদা মখা চথবি—মাদি পোকপা নাইদে শিবা নাইদে, হৌদে লোইদে মযাযস্থ নত্তে…।

অবোনবা পিগী ঈখিক অনী অছু ঐগ্যা নিতাইগী চায়রুংদা লোইবোযনা চেন্থবক্লগা ঙমখৈ অমদা তনিক-তনিক পন্দুনা লৈবগুম তৌবি। তাবমক্তি তাদ্রি। তাবকপা তাববদি ব্যাখ্যা মপূম অছুগী মযায়মক্তদা তাবক্কনি। হোবেল অয়ুক মান্দোপ অমদা অর্থ হৌক-গদৌবা লৈ— … ··কিমকুর্ত্ সনজয—কৈদৌখিবা সন্‌জয ?

দিল্লি, ১৯৮৩



# পূমলোই লোইবগী লম্বেন্দা

মহা গ্রহ অসিগী মচাঁন তোঙল-তোঙলবা অমদি চৎল-চৎলবা তুপী, কোযেৎ, কোকশেৎ, শমশাং শমদেন শমফা কযাদা খঙহনবা যাবমথৈ হাযবা যাবমথৈ হাযরুবে। খুদিংমক্তা শামু-পেনাগী ফল-দমক তাবকপা সাইন্টিষ্ট প্রোফেসর ( ডাক্তর ) মাইকেল চাউন্নুকোর হু চি রাং মবুরিংদা রাবৌবকই। নোংচুপতা হাযরুই মৈখু থোক-হনগনু জাঁব পূম্নমক সোর ৎৎলবনি। মরা লৌবিদে। নোংপোক মৈবমদা হাযজরুই উমং-রামং কোকথোকপিগনু চঙী চা খবদা মৈবা অহুম চিংলবনি। ইতামক তাবিদবদৌনা তৌই। লৈঙোইলমগী কাঙবুদা লোন্না কযা ফোংনা কযা হাযরুই লৈতঙ্গাই অসিগী শিংলিদগী ঈ চিংথোক চিংথোক্কুনা জৈগ্য তোথোক্কনু পৃথি অসি তাইফেৎ তাইবা হৌবক্লে। তাবিদে। পোকখাযহনগনু যাদে, লংখৎকনু তাদে, লাউনগনু মুক্কগনু চান্দা-পৌদানগনু তারোন-তা চিংনগনু, পুঙ থোন্নগনু— মনাদা ইহাপ হপ্তে ইথৌ থৌওইদে। ডাক্তর রাং ফনা কুইনা হুংনাংহুনা লৈবম্মী। চাবা থকপদা খোযজঙদবা থা মশীং ফনা মযাম্মক্লে।

নোংমদি, পূমউম উম্বা সূর্যগ্রহন থোকপা থাশিগী ঈবিক যাওদবা নোং-হুংশিং তৌবা হুংশা থীনবা হুংথিল অমদা ডাঃ রাংনা যাম্না চীক্না ফম্বা পৃথিবী অপূম্বগী পীক্তি পীক্লগা মতিক মঙাল যাম্না লৈবা

মীফম অমগী মযাই তাংবনদগী তপ্না হাযবকই—“...হন্দক্কী মতাংদিদদি পুন্নমক লোইবগনি। অতুঙৈগী লম্মাংনববা অঙাওবা থরানমিচাক হিংচাবতু ঐখোযগী নেবুলাবোমদা মঙালগী খোঙযাঙদগী অঙকপা ফংলবা শরুক কযা হেন্না যাঙবা খোঙযাঙদা পাইশিল্লক্লে। তবানী-কুননী মঙাইবে ঐখোযনা ভাব তানা লৈববদা .. চানীংবা চাহৌবা, তৌনীংবা তৌনহৌবনতুম চুম্মমালে...”

হা। কবি।। কৈদোবা।।।

‘ঐখোযগী জগৎ লোইবা তাবে শোযদ্রে।’ —অবোনবা পাউনি। টেলিফোন, রাযাবলেস, গ্লাস ক্রাস পাম্বৈগী মতেংনা কোফী কপ অমগী মনুংদা মথং মথং অমদগী অমদা অমদগী অমদা চংখি। অমগা অমগা ফাওনৈ। তৌবগীনি খ্বাইদৈ লোনবা থাক্কা অবোনবনি। (মযাম্না হাযনৈ)

স্বিৎজর্লেণ্ডগুম্বা চীংলম লৈবাক অমগী চীংদোম্পোক অমগী নীংথিজববা নাপোম অমদা মন্দিরগুম্বা অমগী মনাক্তা স্বমী কৃষ্টানন্দন বিশ্বরূপ লৈঙাং ফাজোন্দা হীবা কোল্লম্বা ঙাইহাক ওইবে। যোগগী লৈঙাক থৌ পুখিবী, লোয়ননা স্বামীগী ঙমথং ওইবপ্না হাকথং ওইবিবী মারিযা গোপিকানা ফোনগী বিলিবর অতু হাংদোক্নুনা অতুম্মক থনম্মগা স্বামীগী নাক তন্না তহা-তহা চেল্লকই। তহা-তহা হোৎনবকপনি। অতুরু স্বামীগী মঙান ফুদোংলবা মাযথোঙনা চীংলেম্না, মীৎ অনী উইশিন্দুনা ধ্যানগী ফীবমদা লৈরম্বদা গোপিকা হৌদোক্লুবদি হাযকুতু মখোঙ ফাওবা কন্না থাংবা ঙমজদে। পাউনা অথুবা ওইবনা হাযদবদি যাদবনিনা লাপ্লপ্না ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈজে।

ঙাইহাক লেপ্পম্মগা হল্লগে ঙাইহাক্তং ঙাইবিখো হাযকুবগে হায়না থন্দুনা মমায খজিক ওল্লকপগী অদুদা পূন্নমক উবিবা স্বামীনা, মীৎ পাঙবা নত্তে, ফীবম লেঙবা নত্তে, তপ্না হায়রকই—

—ইবেম্মা, করি হাযনীংই ?

—স্বামী, তঙাই ফদনা ঙাঙনদবা যাদবা রাফম অমা।

—কদোমদগীনো ?

—আমেরিকা খোমদগীগুম্বা মাল্লি। ফোন অসোমদা পুশিন-জবকত্রা ..   ?

—ঐ লাক্লগে।

সনাগী যুবী খুজায, এলোইনা পুমহৈদা শাবা খুকুম অদুম্মক থনম্মা, নোম্নোম নোম্নোম চঙঙকই। পায়খত্তুনা হংলুই। খা আমেরিকা বোমদা লৈবা লোয়শঙ মশা অমদগী হঠযোগীবাজ নেরেদানন্দনা অব-বা অবোনবা পাউদম অমা পীবকপা ওইবম্মী। বিগ্যানগী খোযজঙবা ছাত্র অমা ওইবকপা স্বামীনি। স্বব শাংনা অমুক্তং হোম্বরগা নোংখক্লোমদা ঙাইহাক যেংখৎলুই। রাগ্নী শাবা লোইগ্রবা মতুং ঙাইহাক ফাওবা বিসিবর পাযত্তনা তবঙদা ঙাইহাক লৈকই। হম্ববকপদা জাতি অমদি লৈবাক তিন্নদবী, মাগী ঙমথং পুবেন অত্তুদা বিসিবরগী নাকচেংতগী মুন্না শংত্রিক যেংখি। ঙমথং পুবেন্দু যান্না নহাদি নত্রে, মাগুন্না য়ুম্বান লম্বীবোমদা চঙঙুদনা লৈবক্লবিনি।

কোম্নুং ওইবা শহর অমদা লৈবা সুবিকা প্লামেটবিযম মনাক্তা লৈবা অচোবা মন্দির অত্তুদা কীর্তন, সঙ্কীর্তন মহাকীর্তন নিংথেম

কীর্তন হৌখ্রে। মন্দিব অতুগী অশিন-অবাং কাঙবুগী কোক্লেন অতনা কদোমদগীনো খ্বাযগী মকোকলোমদগী যাথংদগী থাবকপা চে অমা ফংবদগী মন্দিব অতুগী চেঙ্গৈ, শীঙ্গৈ, লনগৈ কৈ পূন্নমক পূমহাং হাংদোক্কুনা পূন্নমক চাথোক থকথোকমিন্ননবা থেন্দুনা থম্মে হায়বে। মন্দিবগী থোঙ পূন্নমক লাওনা লাওনা হাংদোক্লবা অমদি থোঙশঙবা অমত্তা লৈত্রবনা চাকনি-ফিনিবা, ফত্ত-হৌদি শেংবা-খোৎপা মীওইগী মচা-মশূ পূন্নমক কোইকুব-কোইকুক যেংতুনা চঙলক্লে, ফম্মবে, পিক থন্না পবেং লেংলবে, চাবা থকপা যাওববে। লাইবক্তা চন্দোন ফৈথিন তৌবা মাযায অমদি চাবদা ফম্মিন্নবিবা যাইথিবী অঙাং অতু উরুবদা কবি করিনো মথং মথং নীংশিংলুবত্রা কৈনো মখোযদো নম্মগা থোঙলোমদা চেন্থোকখি। নহাবোল খরা মমিৎ খৎনবগা নোক্লহৌই।

লানজং পুরেন অতনা ঙম্খৈগী রাথোক্কী মতাংদা শোক্লবিবা লানফম অতুগী হৌজিক হোজিক্কা পাউ পীগে হাযতুনা নিংথৌ সিকেন্দ্র হাতিমগী শঙ্গাই লোযশঙদা চঙলকই। নিংথেম হাতিম মথন্নতা কালৈগী তুম্বী মমাঙদা খিল্লগা যুপান লাংতুনা লৈবম্ম।। থোঙশঙবা চঙলক্তুনা সলাম কৎলৈ।

—কবিগী সলামনো হৌজিকপো হাযদব?

—লানজং পুরেননা য়াথং অমত্তং ··

—কবি লানজং, কবি যাথং।

—ননাই লানগী পাউ।

—করি লান, কবি পাউ!

—ননাই ঙমখৈদা য়ান্নরিবা…।

—ঙমখৈ? কবি ঙমখৈ। করি যান্নবিবা

—অহু হৌজিক কৈদৌজো হায়বিবা?

—কবি তৌরুনি। কৈস্থু তৌফম লৈতে। করি তৌবা কবি তৌদবা। হৌজিকপু করি।

হাযদব চমন্নে। অহাংবদা সলাম তৌবম্মগা থোকলকই। থোঙদা লেপহৌবা লানজং অমদি লানজিং পুবেম অহুম লৈবমদরে। হায়দবনা মাগী ফমফমদা ফম্মমদাইদা নোংথক্তা যেংখৎলগা মথুবাক অনী থজিক তিংথোকলকখি, মমাং চেক্কেৎ উইশিনখি।

প্রজাগী লৈঙাক্তা মযাম পুন্না থাজমিন্নবা লৈবাক অমগী শেলুং হনজবী অমা মীবৈবাক্তা মঙানি তবানি কোযবা চৎলিঙৈদা লৈবাক অহুগী শেলুং হনজবদগী পাউ তায। তাদবা যাদবনি। লৈবাক অনীগী রাবী লেপখিবগুম তৌখ্রে। চৎকদবা মফম অমদি মতমনা তঙ্খায় চনফাত্রিঙৈদা তহা-তহা শাওবীং শাওবীং হনখিনবা শেম শায। মবৈবাক্তগী প্লেন তনকৌ কৌই। থৌবম পবেং পূন্নমক ককথৎলগা অহীংনি মতা চাদে হাযবা থিরুদে তন্না পাইবকই। অঙম্বা খবনা ওক্রম্মী। খোঙলোই মবী-মঙাস্থু যাওরকই। মহোযগী মনুংদা শোযদনমক লাক্কদবা নুপানি মিষ্টব নাইহোত্রা। প্লেনদগী হেক কুমথবগা মীৎচীনা লৈনা কোযেং যেংই। নাইহোত্রা তুং ওইবপ্পা লেপ্পা উই। লৈবাক লৈঙাক থৌবুগী গাবী তোংখিদ্রে শেলুংবী, মিঃ নাইহোত্রাগী গাবীদা কাখৎখবে। ঙাইথোক-ঙাইশিন্নচিংবা নিয়মগী রাফম থোইদোক্লা খল্লুদবে গাবী অহুম থৌখবে। মযামছ

খরনা ঙক্লা ইন্নখি খরা অমনা ঙক্লা লৈহৌই। খরা অমদি ঙক্লা রাতান্নহৌই।

মিঃ নাইহোত্রা চুঙ-ফীরান চাবা যান্নমক চীং-লেম্বা, শেলুংবীগী প্রাইবেৎ সেক্রেটরীনি। মশা পাথ্রানি মচা অনী লৈ। মচা অনীমক অরাপ্পা মীবৈবাক্তা মহৈ তমখি হায়নৈ।

গঙ্গোত্রী ময়াদা মহা পরম জৈগ্য অমা চথবিমাল্লে। জৈগ্য হৌরমদাইগা মহা ধ্ববচার্য অদু মাঙথ্রদনা কোইথী থিনমাল্লে। ফনা কুইনা চেন্নদুনা থিনবা কান্দা বৈষ্ণবী অমনা মমীৎ-মনা লংখত্তুনা উমংলোমদগী পাইদুনা চেন্থোরক্লগা মৈ যাঙলিবা জজমান অহল অদুদা লোন্না করি করিনো খরা তম্মে হায়। অহল অদুনা উগী থাবৈ অদুনে-কবিনে ঙক্লা চেন্থোরকই। হুপী অদুনা মাঙ থাই। অনীদু স্থূকলপ তৌবা মোংশোং অমদা চঙশিল্লি। পণ্ডিত মীযাম অদু চপ লেপ্তুনা শংত্রিক য়েংলম্মগা চেপ্পা হাইথরকই। বৈষ্ণবী অদুদি মফি-মবোল মফম খঙদনা তুদুনা লৈবিবা মহাধ্ববচার্যদা য়েংলুবগী মহুত্তা তুমিন্নবিবা নীংথিজরবা লিক্লিগী তুম্বী চেক্লাইবদুদা শংত্রিক যেংদুনা লৈগ্রে; মমীৎ-মনা কুপকনি হাযবা কাউথবে।

সনা লৈবাক কংগ্রেস পার্টি-চাউবৈবাক্কী ইবেন মন্ত্রী কোক্লেন অদুদি ফোনগী বিসিবর অদু থম্বোই থমদবোই লংশেক্লম্মগা ঙাশেমথাং তুঙ্গোনবা অত্র তাপ পাযবগা ঈরু-কাদা ঈশৈ মতেক-মতেক ঙংদুনা ঈরুজবিবী মমৌ তন্না লুম লুমদুনা চঙখি। মমৌ ইবেম্মদু পুমনৌ নৌবা লৈঙাক কাংলুপ অমা শেম্বগী মীতিং চৎনবা অহীংদগী হৌদুনা শেম শারিবনি।

মাশোন্দা পাউ হাইবপ তাথিবা চপ্রাসী অমুজাউনা চেনশিন-খিত্তনা মাগী ওফিসরগী চৌকী অতুদা ঙেক ফম্মগা মেজদা মথোঙ শৎ-শৎ থাক্কৎলগা মীকৌ মন্দিলা অতু ভিঙ্খৎ তিঙ্খত্তুনা খীংহৌই। নাক যেৎকী ওফিসব মযাম হোত্তোম্নবক্তুনা যেংনহৌই।

মহা বৈগ্যানিক অতু মাগী চাংযেং শঙদা ফম্মগা মকা লা-ম্না নোকহৌই। অতুক ভযাং-তশোইনা নোকখিদবা কুইববনি। থরানমিচাক হিংচাবা অতু মাগী লম্বেন্দা অতুম্মক পাইরিবনি।

ইম্ফাল, ১৯৮৩



# চুমথাং মখোঙ

**ইচনন্নুপীগী** মরা, ইশেল অত্তু শিবে। য়ুমলোন কৈরোম্নবগী, কৈবোল লৈকাইগী অযাম্বা মীশিংদি হামু-হামুগী ফাবমদা লৈবা অত্তুগা নহাবোল খবদি পোৎলোইবা যাওবদা জাবদা উম্মবস্তু ইচনন্নুপী অত্তুদি মথমোয ফূন্না কপচখি। (লৌনা লৈনখিবা মতাংদা ফাবনি হায, চিংবনি হায, মশানা যাই-যাদে হাযদনা ফনা কুইনা যান্নখিবত্তুগা হাযকুনবদি খবা খেন্ননা উবগুম তৌই।) মচা মবী অত্তুদি ভাব যান্না হেন্না তাবা উদে, অহল অত্তুদি মপা কৌ কৌত্তুনা ঙাইহাক কপলম্বা থেংনৈ। মখোয' লৈকাইগী অমদি থংনবা লৈকাই অম'নীগী ন্নুপী-অঙাং খবদি শোবাৎ ন্নুমিৎকী খল্লগা হরাওনবা যাই।

ইচনগী মকু-মনেম, মতৈ মনাও অত্তুম্মক লৈবি। অত্তুবু হকথেংনবা থৌবু হাযবত্তুমা থোকপগী মথক্তা মরাস্তু চৎপা ওইনা তৌবনা ইচনন্নুপী অত্তুনা অযাম্বা শীল-লাঙবা ওইনা তৌই। শেন-থুম ফজনা পাযজবা ইশেন অত্তু ইচনন্নুপী অত্তুনা ঙমলপ পানবদা থোইনা নাচুংলমদবা ওইনা তৌই। ফীবম অত্তু তা-নবা শীনবা খুৎশীন-থৌবাংদা, ইচনন্নুপীনা খবা হৈথোই শিংথোইবস্তুনি অত্তুগী মথক্তা, ঐখোয' ইমা অমদি ইচনশিংগী থৌদাং খবস্তু যাওবা মাল্লি। ঐখোয' ইমাস্তু মৈতৈ মমা অমা ওইবনবা খঙদে মযাবুনা

মচানুপীনা ঙমহন্নীংগুম্বা অতুগা মমৌবুনা মচানুপানা লাকহন্নীংগুম্বা অমা ফজনা তৌবা মাল্লি। (ইমানা হাযবদি নত্তে ঐনা উরুবগী রানি।)

শোবাৎ অতু পঙপীক পীক্লোইদৌবি। ইচননুপী অতু পেন্দবা অমা লৈখিবদগী পেন্নবা তৌবগে খল্লমাল্লে অসিমা তৌসি হাযরুবদা য়াদবা লৈখিদবে, খাক্লগে হাযবসিমা শোনবা লৈখিদবে। বেঙ্কশিংদা লৈবা পাসবুকশিং ফাক্ল-ফাক্লগা তিনশিল্লে, তুঙশিল্লম্বা অতৈ শেনফম পুন্নমকস্থ মথং মথং পুনশিনবা হৌখ্রে। ঐনবু নোংমা হাযরুই—

—ইবেম্মা, নঙগীসি লৈজবী থাবগী ফাবম অমা লাক্কদৌবে।

অসিনা লোইবস্থ মখ্রি তাতুগা ইমুংগী অঙাংশিংগীস্থ যেংদবা যাদ্রি। খবা য়েংনা তৌসি।

মা তাদি তাই, অতুবু ঐনা হাযবগী তাবা ওইনা তৌই। হাযরুবগী খবা রাবা অমনা ঐঙোন্দা অযাম্বা শীনবিবো হাযনা শিন্নবে। ইমাগা বাজীগদি শীনবা যাওবগী যাওবা মফম অমা খঙনা হোৎনবসি হাযবগুম তৌই। ঐনা যানাংদবা তনবা নত্রগা তৌনীং-দবদি নত্রগা ইনেখোয মামখোয লৈবি ইবাই-ইশেনশিং লৈবি, ঐখোয যাওবদি যাওগে চেনস্থ চেনগে শীনবদি তৌববোই হাযরুই। মখোয যাবা তাবনি। ঐখোযগী ইচে অহন্দুদি ঐঙোন্দা শাউই। ঐখোয' নুপীদি হবাওই। অতুবু মাস্থ ঐনা হন্দক্কী চাবা অসিমদি ঐ ঙম্মগে হায়রুবা অতুগা ইচন অতুনা চাউথোকচবা অমগা লোযননা য়াবকপতুদদি নুমিৎ হুম্নিমুক্তি কন্না হেক্তা মকাম্মে। (তৌবিবা অমনা মখোয়গী মমাবোক্কী মচা অমা মপান্দা তম্বা চৎখিবতুগীদি, অঙাং

অহু ফনা ফদৌবি শেম্বীসি, ঐখোযনা শেমদনা কনানা তেংবাং-বিগনি, খরগা নংজবগা , হাযহুনা থা খূদিংগী শেল ফনা ফনা ফজনা থাবি, মাস্নু যাম্না হবাওবি।) ঈশ্বরদা কৎপবু মতাং হাযবা লৈব্রা অহুগীস্নু মথক্তা ঐখোযগীস্নু ইমাগা বাজীগা ফনা নীংথিনা শোনজিল্লক্লবনি মবাইনা তৌজবক্কনি হাযনরবহুদা খবা খবা য়ানীংঙকপগী অহুদা ইচনহুগীস্নু মমা-মপা হাযবহু থোকপনিনা শেন্দোয যাম্না মহাপচবক্কনি হায়না থাজহনবদগীদি যানীংবা মান্না যাবকখি।

ইশেন অহু মশানা মীবক ভিল্লম্বা ওইবা ইনাক কৈবাক থুনবগী থোযবা চাউথোকপা লীকশিনবা হাযবহু লৈবমদবগা হংবা লাকপগী মিং ইশিনবমক্তনা লীশিং ফাদৌবে। ইবোইদবা অখঙবা মযাম থাজ্রি। চাউদ লাক্তবা শাগস্নু নজ্রি। অহুগীস্নু মথক্তা অমুক্তা পুনবক্কদবা অঙাং অসিনা মহা ওইদৌবিবনি। হংখি ঐনা—

—ইবেম্মা নঙগীসিবু ঙম্নমন্না মী অসি কযামুক্লম্বা ওইববা য়াই, হ। চাউবাকপা, চপ হেক চাবা নজ্রবস্নু হাযবিবা।

--তাচৌ, মসি অঙাং-হুবী, চাউবাকপা থাবগা লীশীং অমগা চামঙা-চাক্রকবুম্বা ।

অস। হবে হবে। (পুম্নিংদা খনবা রানি।) অহুনদি চাবগীসি অনীবোমগী শীনদবা যাবোইদৌবগী রানি। লা শুনা থাবগা, মযাইদা লেপ্রগা চাইবা তাববা ফাওবদা খেচ্রী অসি ফনা নীংথিনা হৌদবা যাবোইদৌবিবনি (খেচ্রীমক তৌবা তাবফাওদা)। অহুগা মাগী-সিদি তল তৌদবস্নু যাবোইদৌরি। মকু-মনেমনদি সন্দেসস্নু শুনা নজ্রগা য়াম্না হাপহন্নীংবগুম তৌই। মফম অমা খঙনা ময়েক শেংনা

চঙগদৌবি। খনবদা যান্না হেন্না পাম্মুকবমক তৌকত্রবসু মবক মবক্তা খৌগংনবকই, ঐগামচা অহনজাও অদু তোযনা উন্ননীংঙকই, থাক কযামুক থোক্লা খন্ননীংঙকই। খন্নবমক্তি খন্নরুদ্রে মখোয' অদ্বাইগী বামোন অহন অদুনা হাযবদু অদুম তৌবে।

নোংজু-নুংশানগা চাং অমদা লৈবগা বার্তোন তৌখিবমখৈ চিথদনা লাকখিগুম তৌই, ফনা নীংথিনা তিল্লি। লাকপগী খম্বা লৈতবগুম তৌখি।

ঐনা তল হৌফমদা ফমদুনা অরাং-অপা হংন-খোংনবিঙৈদা ইচনুপী অদু চংলক্লুনা হাযবৈ—

—পোৎযেং অসিদি তাচৌনা খবা পাযবিবা পীবা হৌনবল্লে, মফম অমদা লেঙদনা লৈবিবো ঐখোয 'সুম পীশিল্লব্লগে।

—কৈনো মামবা ইবাইবা অহল অমনা তৌহনবনা ফৈনা, ঐদি কোযচেন সুম চেন্দুনা লৈগে।

—চেনবিনবা অতৈ পীক থন্না লৈ। অম্বাইদা ফমদুনা লৌবিবো, সে থাঙ অসিমগা পাযশেম্বিবো।

খাউ অচৌবদুমা পাযবগা ঐ যেনথা ওইবপ্পা ফমদুনা লৈবা তাখি। পীবগা লৌবগা হাপচিনবগা খুৎ অসি মিংকুপ মঙা-তবা ফানা পোত্থাবা শংদে। ঈশৈ হৌফাল্লিঙৈদগী পীববনি। মা থাম্বগী মতিক ঐসু পোত্থাবা ফংদে। হৌবকপগী চাইহাক অদুদি নীংথিজনা নোটশিং অদু মচা খাযনা ফজনা থুপচিন থুপচিন্দুনা হাপচিল্লম্মী। মমৈদদি ঙমদ্রে, খুৎ যেৎকা ওযগা তিংথোকপগা হাপ্পগা খাউ মদুংদা হাপচিনবগা, লৌশিনবগা হাপচিনবগা তৌবনা

নাম্ববকপা ইন্নফি মচী অদুদং ফাওবা শৎ হাইগৎলুবা শংদে, ইচন-হুপীনা তুংলোমদগী হাইগৎপিবম্মা। মান্দোপ মযাইগী তানচপ মতুংগী নাইতোম কাপ্নবকপগী মতাংদা শেস্থা মবি-মবি শম্নবকপগী অদুদা ভালক অমা শৎলগা খাউদুদা হূমজিন্দুনা যেংলুববু জ্যাও লাউই, থনকোক তৌবগী চাং অদুরাইদা নমথবা ঙমদে— অস। যাম্মেদা। পিশিল্লববা চামচপ্পী, যাঙ্খে, কুন তবা নাংশিংলকই। চামগী ফনা যামখি, যাঙ্খেগা কুনগা খ্বাইদগী যামখি তবাদং খবা হন্থখিব্রা খল্লি অদুস্থু ওখাক্লা যান্না যাওখি। মঙাচপ্পাদি মপূন শাগৎপগী ওইনা যাঙ্খে-চামা যানখিবা নত্তনা ইযাও যাওখিদবগুম্বনি, খল্লি। অদুনদি মাগীসি লাশীং অসি মঙা, হ। মঙাদদি ওইবোইদৌবি তরুক তবেৎ… মতা চাববদি তবা যৌরবা যাবি… হেন্দুম হেনবা যাই। যাম্মেনে ফজনা যাম্মে।

ঙাইহাক অদুদা খনবিরুই— মহুত্তি হনজিনবা যারে তোংবা তোংদবগীদি অমা ওইবে। মাঙবা হায়বদুদি ওইব্রে। ইহে। ওন্থোকপাইদু ওইবে। তৌহৈদবা রাবু খল্লুইদা! চিনবা খবা অমুক লৎলকপগী মতাংদা হিসাব মচা অমা ভাবনা হোৎপিরুই—অদুনদি ফি-বোন্দা অনা, হ। অহুমগুম্বা ওইবা তাই ফনা যাম্মী, হোয মবাস্থ মহাযবসি, দোখিনাদা অনীগুম্বা অহুমগুম্বা, অদুনা তরুক-তবেৎ, অদগী চাউনা চোমলপ চোমলপ চঙলিবসি, অবাংফমগী অসোমদা হ। ক্বা, মনা লা · চাবগী, হোযনে চাবা · · ·

চাবগী হেক খল্লুবদা মিৎ-না খজিক শিংলক্লুম তৌই, ফমফম খজিক লৈশিনগুম তাশিনগুম তৌবগা ফি নাকল নাম্মা শৎ হাইগৎলি।

থোঙ্গাল্লোমদা যেংথোকলুই। নহাবোল খবনা মবা মরী চৎপা হৌনখ্রবা মযামদা চানবগা দোখিনাগা মথং মথং পীতুনা ইনোম নোম্লবা উই। ··· তন অসিবু হাউবিদ্রা ! মীযাম অসিগা কোনতুম কোন্নদদনকো ! চাবগী থবক অসি লুবা জাৎনি, ওক্লোইদ্রা মরোল'মা লেমগদ্রা হাযবমস্তু। হোয লেম্বগী রাদি ইচন মযাম ইনে মযাম ইনে মযাম মখোযগী মযাম অমা মযোম ময়োম পুনখিবদা লৈহো-বোইদবা জাৎনি। চানবদি লেমহোবোই, যান্না তৌবিবমখৈ যাবা জাৎনি ··· যান্না তৌবা ঙম্বপোৎ নত্তে ··· অতুনদি অকোনবগী ঘী তিন অনী অমগা লৌকুবতুগা লঁশীং অহুমগা চাতবেৎ··· ·।

চুম্মীনা ঙসাইগীতুদা চাবগী অসিমদি থাদ্রে। থাফমদি থোকই, মানা তৌদে হাযবদনি পুল্লপকী ওইনা চঙবদদি যাওবা তাবনি। ভতুনদি ঙসোইগী অতুদা · ·

ফিবোয থাবকপগী অতুদদি লৎলক্লবা পোৎযেংগী মতাং অসিমা পূমলৎ লৎখিগুম তৌথ্রে। কিবা থাংবা থোকলকপগী অতুদদি ঐস্তু হৌগৎপা যাবমাল্লে খল্লে মান্দোপকী পৈযা থোকখিবগী অতুমক্তদা ঐ হৌগৎলে। হৌগৎপগা লোযননা ফাজীনবা নমশিনবা ওইনা খাউদা হুম্মুই। হন্দক্তি থন্না লৈবম্মে। ইকোয কোযনা মা-মাহুনা হুমজিল্লি মতাই-মতাইবামদদি খরা খবা কোমলমগুম তৌই, মযাইগী কন কন লাউবিবা অদোমদগী খবা থোখৈ। চাং অমদা লৈতেম মান্নখ্রবা কান্দা ঈমায খজিক্তংদি হন্থে। চেৎনা শেন্নরগা হকচীক লাংবা ওইনা মনীংথোঙলোমদা থোকলকই। কুষ্টনা ফমজিল্লুবগী মপান-ইপান থোকপা ওইনা তিংলী-যাংলীকরগা হাইদোক্তুনা

য়েংলুববু ফজনা মঙানগা লোযননা হেক্তা লৈবম্মা। হেক উৎদা ইখঙ খঙহৌদনা শ্বায় হেক লাউখিগুম তৌই— মাযসিবু যামখ্রেদা। ময়ামাস মখোয়গী ঙাক্তনিকো।

মওল মওল খন্দুনা ঙাইহাক লেপ্পা। থোইদোকপা অনীংবা হাযবমা লৈতনা তুং-মাঙ কোইরুব-কোইরুক য়েংলুই। লোইশিল্ল-ক্লবনা মযামত্থু ইনোম ইনোম নোম্মা। লাপ্লপ লেপ্লগা ইচনহুপীত্থু কদাযদা লৈখ্রবগে য়েংলুই। থোঙ্গাল ময়াদা মা মযাম থিম্লোকপা ওইনা লৈবা উই। ঐনা তপ্লি তপ্লি চৎনা চৎনা ঐগী ইন্নফী অত্থু জোন-জোন ইনশেম্মা। নাকন্দা য়াল্লিবা খাউ অত্থু থূৎ নাম্মনা পম্বোইনা পাযনা পায়না নাম্মনা তপ্পা থিংজিল্লগা খুবাম অমা পেকলপ লৌবগা পুমযাৎবা নাকন-ফুবিৎখাউদা হাপচিল্লি। চঙশিল্লকপা ইচনহুপীদা হাযরুই—

—ইবেম্মা 'সি পাযহৌবো।

—ঙাইহাক্তং পাযবিখো তাচে!

—হ! অরুবা থবক অমা লৈবে, খোঙহ্থু কন্না ...।

ইচনহুপীনা ফনা কন্না খাম্মা। ঐ যাবমদবে তহা তহা যাল্লিবা খাউ অত্থু হুক্তোক্লগা শৎ লানশিল্লি। ঐনা হাযরুই ঐ অমুক লাকঅস্থু লাক্কে মওং কাযনগদবা থবক অমা চত্তবা যা'ড্রে।

ঐ অত্থুম থোবললে— তহা তহা। খবা চৎলুবগা ফজদবা মওং অমা লৈবমাল্লে মীনা চিংনখিবা তাবে হায়না চিংনবা অমা পোকললকপদগী অমুক হু হল্লল্লে। চঙখিবদা ইচনহুপী অত্থু মাগী কাবোমদগী থোকলকই। যাবত্রা কদায পায়বিবগে ঐগী থবক্তু মী অমা থেংনত্থুনা শিন্নথ্রে হাযরুল্লে।

—যাবে তাচৌ উপুদা শো লোনশিন থমখ্রে হোরেল নুংদাং তপ্পা যেংলসি।

—এ, ফবে ফবে

ঐস্নু মখোযগী থবক ইঙ্খাং ফনা যাম্না য়াওবিবম্মী। অযাম্বা লোইহ্ননা অতৈনা হন্নগ্রবা, মখোয ইমুংগী মীদা ঙাইহৌববা মতমদা ঐস্নু পোত্থারুবগে হাযত্নুনা থোবক্লে। থোঙ্গাল লান্থোরকপগী অহ্নুদা ফুরিৎখাউ হাইবপ মাহুনা যেংলুই। ফনা ভোঙলম্মী। তস।

ইম্ফাল, ১৯৮৬



# থিঙেল দাম, নাশিখোং অমদি

নোংমা, নোংস্থু মংদবা লৈচীন নোংফাইস্থু থোইনা থাংদবা অহাং অমদা কুম-মৈ কাংগদবা কুমদমগী নোংখোংগুম খোঞ্জেল অমা খংহৌ হৌবল্লগা ফনা কুইনা ঙংহুনা লৈখি। অনকপদা তাবা খুনশিংদি চাক-ঙা চাক-ঙা লাউনখি। মিনিট খবগী মন্থুংদা খুন খবা, লৌবুক মযাম অমা পাত্তরনা ঈশিংনা ইবং লংনা থুম্মা।

হান্নবু খঙহুনা কোলমবু খাকপ্র কৈনো লমসিগী খবর অন্‌-অহুমখক্তা মমায মমাযমক্তদা ফনা ফনা চাউনা যাওবকই—

ঙবাং অহাং থিঙেল দাম মক্ক ফংনা নাংখাযবে।

অখঙবা খবনা হাযনৈ এ। শঙ্গাগদবা মঙানি তবানিদা ঙাযব-গুম তৌবনি কমদৌনি! হোটেন্দা ঙাংনৈ ও-হো, মাযগৈ অমগী লৌদি লোইবা তাবেদনা!

—মাযগৈ অমখক্তা নত্তেনে মনাং-মমাং, খা-রাং ফনা ফনা থাপ্না শোক্কনিনে।

—কুমসিদি চেংযেন শোযদ্রেদনা—তস্।

—যোং মমৈ চপ্লেদো তস্।

—তস্!! ঐখোযগীদি ’সি ঙাক্তনি হা?

মহামন্ত্রীনা পারিবা রিপোর্ট অদু লোইরম লোইফাত্তনা আনোক অদু থোক লৌথোক থম্মী ফোন তাপ পায়।

—সেক্রেটরীবা? ··বডমন্ত্রী লাউ হাযযু হৌজিকমক হৌজিকমক।

বডমন্ত্রী পাইববই। বাবগী ফীবাল মখুম শত্তোকপগা নংদে, বডমন্ত্রীগী যাথংদা পাখৎমনখিবনা দ্রাইবব অত্তনা গ্যাব লৈনা লৈনা শো তাপ হাংলুবমাল্লে তুংগী বডমন্ত্রী অদু হুনচোংদা লংঙমগদবা খজিক্তা ঙাই। খামফাত্তে চোংথববই অদুগা মহামন্ত্রীগী কা তম্না চেনচৎ চৎলবই, থোংদা লেপ্লগা মফা-মবোল খজিক শেমজিল্লি, কুদাম মাত্তনা যেংই।

—অমুক্তা চংজবক্কে।

—চংঙবওনে হংবগী মতম লৈত্রেনে।

থোঙ ইন্দ্রাল্লগা চংই। ফমফাল্ত্রি মহামন্ত্রীনা আনোব অমা শিল্লগা ঙংত্তনা হাযববই—

—কৈনো তৌবিগিবু। বগিনো?

—কবি তৌববনো সাব?

—কবি তৌববনোইবু কৈনো। সিবু ফাগীবো। অঙাংনা থোন শান্নবা লৈপল্লা'বা? তেক্তা নাখাযবা যাত্রনে?

—থিংঙেল দামবু ওইববনা?

—নত্রবদি নাশিখোং প্রোজেক্ট ওইগদ্রা। হ। নত্তে সিবু ফাগীবো? লুপা কবোব অমমখাযবু ফাগীবো। হেদ অমদগী খবা লৌ অমদগী খবা কব রাক-হুংজু গোকমখৈ পাযখৎখিবা নত্রো। চাগদবা পীজগদবা শেৎকদবা শেৎহনগদবা কোঙ্গাই থাদোল্লগা লৌখৎখিবা থৌবম নত্রো। কবি তৌবে হৌজিক।

কবি শাবগে! ওপোজিশন দোলগী মমাঙদা নমায ইমাখ অসি কদাযদা থমদৌবিবগে। শঙ্গানি হাযদনা ঐদি মপান চখোক-খোত্তোক্কদবস্থ যৈথোকখ্রে। কৈনো তৌবিসিবো। মতম মতমগী মতাং মতাংগী য়েংশিনহৌনবা তৌগে হাযদে য়ুমগী ওফিসতা স্থব স্থব নৈশিল্লদনা করি থোকএ!

বডমন্ত্রী হোযস্থ হাযদে মাইস্থ হাযদে চুকপ অচৌবহুমা তপ্লি তপ্লি চিংহুনা লৈবগুম তৌই। মরু লুকথবস্থ তৌদে মবায হাইগৎ-পস্থ তৌদে, মখোঙদা মখোঙ অমা থাঙ্গত্তুনা শাংলপ্পা ঙাথহুনা অহুম ফম লৈ। মহামন্ত্রি মমীৎ-মনা শংদোক শংদোক্তুনা ঙাংলি। পুশিল্লকপা কোফীনা নম্বা চাহুস্থ অনীমক অহুম্মক থকই। মহামন্ত্রানা লৈখায তাবকই—

অহু অদা খঙদে ঙসি মঙানীসিগী মহুংদা কবিগী কমদৌনা কৈদৌবদগী কৈদৌহৌদবদগী নীংখাযবিবনো, শেংনা তাক্তুনা অকুপ্পা বিপোর্ট অমা পীগদবনি। ঙসি মঙানীসিগী মহুংদা

বডমন্ত্রী তপ্পা থোকলকই। মহামন্ত্রীনা ফোন অঙাংবত্ত লৌখত্তুনা হাযহৌই— সংস্কৃতিগী লোযশঙ পাম্মৌ · হবাওবা অমদি লাংতরুবা মাযথোং পুবহুনা ঙাইহৌই।

বডমন্ত্রা মাগী লোযশঙগী কাদা শাউনা চঙলকই। ফমফাত্তে নম্মী—বে……। থোঙদা লেপ্পহু চঙবদা ঙাইহাক কান্নবে—মাগী কোযেত্তু শেম্মুবিঙৈদা। তননম তননম নম্মকই— বে, বে sss কোযেত্তু পৈরম উপশিল্লগা অহুম চঙলে—।

—মন্ত্রী। লাওযেয়ু!

—ফনি।

কুইদে মন্ত্রী নোমজেন চেল্লকই। হেক চঙবগী অতুদা বডমন্ত্রীনা লেপ্না লেপ্না অতুম হৌবকই—

—কৈনো তৌবিসিবো? হা। কমদৌবিবনো। সিবু ফাগীবো?

—কবি ওইববনো ঐবু ভাব অম …?

—হৌজিকপু নীংখাযবগী নত্তনা কবি লৈরিবগে?

—কবি নীংখাযববা ওইববনো?

—এ। হাযবিসিবু অদোমবু নৌনা হনীমুন অমুক্তসু লেংঙুবব্রো?

—হনীমুনমক্তি নচ্চদে চাঁংনুং-হুৎ-প্রোজেক্টা শেনফমতুগী চচ্চকুবা ঙসিদা লাকচবি।

—'সোমদনা নাশিখোং দাম নীংখাযতুনা প্রজা পূন্নমক ইমা লাউনবে অদগা অদোমনা চাংনুং-হুৎ মেনবগী তান্নকুবিবা!

—বডমন্ত্রীনা হাযবিবিদুবু নাশিখোং হাযববা থিঙেল দাম হাযবা ওইবিরববা?

—হোযনে থিঙেল দাম হাযবনিনে।

—হোয। নাশিখোংদি লৈতবা। লৈতবা দাম অমা নীংখায

—নীংখাযববু লৈতবা নীংখাযগদ্রো। হা। অবৈবতু নীংখাযনে। ঐনা হাযবদি নীংখাযনবা লৈহল্লিব্রাইবা। লুপা ক্রোব-ক্রোব অসিবু ফাগীবো। পাযখৎকদবা পৌরম কযা থম্মগা অদোমগী মাযবৈনি হাযদনা যাখিবা নত্রা। হৌজিক কবি শাবে শেনসু মাঙঙে, থবকসু ওইদ্রে প্রজাসু মমা উবে। ঠিকা পীবদা মুন্না যেংলগা পীবা যাদ্রো। কবি শাবে। নে নে তৌবা থোক হৈবা কাঙবুদা মাৎ উইশিল্লগা শিন্নবিকুরৈনি।

—অতুমক্তি নচ্চদে।

—নত্রগবু শাব-নীংখাযবা, শাব-নীংখাযবা তৌবা হৌনব্রো। কান্নদে, কনানা শাবনো কবিগী নীংখায়বনো কমদৌনা মবক্তা মাঙহল্লিবনো হায়বহু শুগাযনা বিপোর্ট পীযু। যান্না থুনা পীবিগদবনি। যাববদি ঙসি মঙানিসিগী মন্নুংদা পীযু।

—মঙানিদি খবা খুযৌনগনি থনজৈ।

—তবানিদি ?

—ঙম্বা মযারে।

—তবানিদদি পীদবা যাদ্রে ঐনা মতম তঙ্খায অমা হাপচববনি লেঙো। মুন্না অমুক্তা যেংশিনবিযু। চোপ্পবা তাবে।

"মেঘো এন্দ মেঘো কনষ্ট্রকশন'গী মীহু হৌজিকমক লাক্কবা যাদে থিল্লে কৌরুচো।" মন্ত্রীগী যাথংনি। গাবী মগ্নী মাযকৈ খাযদোক্লবগা পাইথনখি। মখূল খঙুল-খঙলবা, চহা মবী-মঙা লোয়নবকপ্পনা মাযগৈ লেপ্পা ঙম্নববা বাঙবুনি। মমায মমীৎ ঙাংশঙ ঙাংবমখৈ শাউহৌববা মন্ত্রীগী মতৌহুদা শোযববদি হাযহুনা মফাং মফাং চৎনবনি। শোযবোয থন্নবা মফমদা লৈরম্মী। মন্ত্রীগী যাথং তাবদা পন-লাক্কে, হং-লাক্কে, নোমজেন চেনখৎলকই। জীপ খামফাক্রি চোংথবোইনা কুমথবকই। লোয়শঙগী সিংবি কাবদা থুদি শীজিল্লি তুগে তৌই। পদা হাইগত্তুনা চঙখিবগী অতুদা মন্না ফনা শাথীনা হেনজিল্লম্মে। মমায মমিত্তা নত্রে মশা পুম্বা পূমঙাং ঙাংলম্মে। (অঙাংববু শীজিন্নত্র কবিনো ?) মেঘো ফমহনবা নংদে মন্ত্রী ফুক হৌগৎলগা মখোং নামা থিল্লগা লাউই—

—কৈনো। তৌরিসি কৈনো হা। ফাগীবো। ফাগীবাইবা? শেন্দোংগী শেন্দোংঙাক্তা ঙাযহল্লব্রাইবা। লৈঙোইনা দাম শাবা য়াব্রো! রাচেৎ স্থূম চাবা খবদংদা হেক যুংশিল্লগা তোকঅব্রো। ফাগীবো সিবো। শাব-নীংখাযহল্লা, থোনগৎলা নীংখাযহল্লা, নহোয নশূন্নুপাশিংতুনা থিং শানবা চুবীগী নালাবো সিবু? হা। খুম্মো। ঠিকা লৌবমদাইদদি ঙাংবা যাম্না হৈদাই? হৌজিক্না যৈশিনখ্রবা? হা। খু-ম-মো। কৈদৌবগে নাংখাযবিসিবো। বিললা হাপ্তা কাংদে— বনিং - ক্লাইং। থবক্না স্লিপিং। হাউ ইজ দিস। হরাই ইজ দিস। টে-ল মী। টেল মী জস নাউ! জস নাউ। ফবে ঙসি তবানা হেক শুবা নুমিত্তা বিপোর্ট অমা ...।

মেঘো তপ্না ফমথৈ। মমায মমাৎ খজিক্কং তৈথোক নাঙ্গোক-শিগুম তৌবদগী হেন্না কৈস্নু তৌদে। মন্ত্রীনা শৎ ফমথবগা হাযববই—

—যাদ্রে। থবক তৌবা হৈদ্রে। তোকও। নঙনা তৌথোকঅম্বা হঙ্গাযবম্বা খোথোপ্পা শেমজিল্লম্মো, মেনশিল্লম্মো। হান্নগী অতুমাইনা, চপ মান্নবা থনম্মা হযেংমক। ভাব তাপব্রা। চৎলো। চৎগ্রো।

মপান্দা নুংশা থীনা লেপ্পিবা মখোয মঙাতু যেংনবগা খজিক নোকনৈ। মেঘো তহা-তহা থোকলকই মখায মঙাতুগী মনুংদা অমদা মুন্না যেংলগা মীংচৎ থাক-থাক খৎখি। মখোয তকুক মোমোন মোমোন নোক্তুনা মরী মশী থোকলকই। সোবোক

অচৌবগী লৈখৎলকপগী অত্তুদা অমখক্তি মচীন খুম্মগা থীক-থীক নোকথোবকই। অমনা খূনীংনা কল্লপ থিল্লি। অমত্থু বন্না খাঙখি।

মনীনি শুবগী হুমিৎ চপ য়ুংবগী অত্থুদা ম্নেঘো থবক মফমদা শাউনা থুংলৈ। হেক থুংলবগা—

—বড মিস্ত্রী লাউ হাযযু।

কৌকুই। লাকই। হেক যৌবকপগী অত্তুদা—

—কৈনো তৌবিসিবো। তৌবিসিবু কৈনোইবা॥ ফাগীবো হা। লুপাসি খজিক থবাক্তা ওইববোই নীংব্রো? ক্রোবনে ক্রোব-কবোবগী থবক্কে বরোরগী। কান্নদে ঙনি তরানা হেক শুবা হুমিৎসিদা

মথংগী অয়ুক্তা থবক স্থবা হুপা-হুপী মযাম ঈশিং মপানগী পাকখন মযা অমদা পরেং শানা ফম্বা যাও লেপ্পা যাও ঙাহৌ ঙাহৌ চৎপা য়াও তৌহ্নুনা লৈ। পূম্নমক মরু থোক-থোক লূকথহ্নুনা লৈ। বড মিস্ত্রীনা মখোঙ শেঙ্গম শানা লেপ্লগা মমিৎ ঈ কাবমখৈ লাওনি—

—নত্তে কৈনো তৌবিসিবো। কৈনোইবা। সিবু ফাগীবো। হৈত্রবদি নখুৎ অত্থু চেন্নবদি কৈদৌনা সুবা লাকইবনো। ঐ লোইনা খঙই কনানা কবি কবি কযা যান্না তৌবা। লোইনা থীক তৌনি নহোয় লোইনা জেলদা থাগনখ্রনি।

খববগী সম্পাদক মযাম মথং মথং লাবই। নোঙাল্ল-নোঙাল্লগা মখোয মখোযগী খববদা চাউনা চাউনা যাওবকই—কবিনো ফাগীবো?

অতৎপা লৈতনা হাথবি ঈশিংনা। নাশিখোংলোমদগী মে-মে লাউবা খোঞ্জেল অমনা নথন্নতা নাহেজরকপা তাববই—ইবেমা, ইমা

খাং যৌবে···থবাক যৌরে ইবেম্মা চরম যৌবে। নাহেবদু তারুবা যাওবমাল্লে মী অনী মরী চোংথোবকই মী মথং মথং খোম্মকই। মযাম খুন্দিন্নে। রাবেপ থবগী মতুংইন্না মী খবা থল্লে। মখোযনা মফী তনযোম যোম্মগা পুল্লপ্পা কোন্নুং পাংলকই। সনথোঙদা পুল্লপ লেপ্পগা লাওশিল্লি— কবিনো। তৌবিসিবু কবিনো ঐখোয়বু অঙাং শান্নবদৌনা শান্নবিসিবো। অসিবু ফাগীনো· ···।

অপুনবা খোঞ্জেল অমথক্তি নাশোন্দা হূক্তুনা ফাওজিনথ্রমাল্লে চাকলেন মতুংগী পাঙন্থমগী উবোবোন্দা লৌশিং কাবক মাঙথবকপা মহামন্ত্রীগী নাকোং অমদা যৈকল্লে। মহামন্ত্রী মমিৎ থংকুপ কুপ্পকই। টেলিফোনগী স্যুইচ থংনম নম্মগা হাযখি—বডমন্ত্রী লাউ হাযযু!

লাপ্পা লৈবা লানমীগী ব্রাস তমফম লম্পাক অমদা উস্তাদজী অমনা শাউনা লাউরকই— ডৈ-সে থে। হিলো মত। ···।

মোইবাং, ১৯৮৩



# গারী একসিদেন্ত

**মণিপুরগা** চান্নবা গারী মাল্লি। মচুদং মরুভূমিনচিংবদা পক্নগদবা মাল্লি। অনৌবনি হাযনৈ। শাংবা নত্তে, তেনবা হাযবস্থু য়াদে। কাবগী মওংনি মী হুম্‌ফুগী ফমফম যাওবি।

—এ। কৈনোনে হাযবিসিবো কাবদবু মী হুম্‌ফু তোং' যাব্রনে ?

—য়াবা যাদবা, মী হুমফু ফম্বা যাই।

—থাজদেবো। থাজবা যাবা রাসি ইবা ফৈ। রাবীনি হাযহুনস্থু ''

—থাজগে থাজো থাজবোই তোকউ, গারীদি থৌরি চেল্লি।

হৌজিক হৌজিকমক নমাঙদা, ইমাঙদা চেল্লি, তু। চাকা—মীনদি নিপান পাল্লি হাযনৈ, হৌজিক হৌজিকমক উবদি মঙাবোমদমক উই; মন্নুংদা খবা অমা পাল্লম্বস্থু যাই। অযুক মুংথিন্দি মমীৎ মযাম অসি লংত্রিক-লংত্রিক লংই। (মুমিদাংদদি খঙদে।) পুঙদা মাইল কযানো যাম্না যাঙনা, যাম্না হেন্না যাঙনা, চেনবা ঙম্মী হায়নবস্থু যাওই। মশা পাল্লমদবগী তৌবনি পাইবা ঙমগদবা মাল্লিফাও হাযনৈ। মচিং হৌবক্লবদি মঙৈ নৌকই হায। অতোংবশিংগী মন্নুংদা অমাং-অশোয যাওববদি লোংবাইগুম্বা অমা হৌই। অশীন-অরাং শোল্লবদি খানা অমবোমদা নত্রগা অমবোমদা হেক্তা লৈগল্লি হাযনৈ। অহুবু থনাদি মৈক্কংলোমদা শেমদোক-খোত্তোক তৌবগা ফৈ হাযহুনা মৈক্কং শেম্বা হৈবা মেকানিক মরোন-মরোন য়াম্না থম্মী। মেকানিকশিং

অসি সবকাবগী থবক তৌবা মীওইদি নত্তে অদুগা অমমমনা চাউবদি গেজেতেদ ওফিসব তরুক-তরুক্কুম্বা ওইনি হাযনা থাজবা অমদি অউবা মীনা হাযনৈ। গাবী অসিগী মখোল যাম্না ঙুংশি, থৌদ্রবসু মখোল অদুম থোক্কুনা লৈ। মৈখ্ থোক্কে ইনজিন কদাযরাযদা পানবগে খঙনদে। পেত্রোল মপংনা থৌই হাযবসিমদি পূন্নমক্না যানবে।

—এ। ওইবা যাবা রাবু যাওদ্রিদা।

ওইবা যাবা যাদবা গাবী অমনি হাযবসিমদি শোযদ্রবা রানি। গাবী অসিগী ঙুংঙাইবিবা মওং অমনা, মাগী মচু অসি পান্থা পান্থাগী মতুংইন্না ওল্লি। গারী অসিগী অকন্নবা মমাঙ লৈতে মনীংসু লৈতে। ফমফমগী মাযওন যেংলগা মাঙনি তুংনি লেপ্পে। ফমফমশিংসিদি লৈথোক লৈশীন যাই খবা-খবা ফাওবা ইনথোক ইনশীন যাই। ফম্মীবা মী মতুগী অপাম পামদদা লৈমাল্লে। থৌবিঙৈ মতুং অদুদা ফমফমশিং অদু পঙলৈদা লৈনবম্বা যাই, লেঙনবম্বা যাই। ফবা অমত্তংনা, ফক্তোক লাকথোকপা যাদনবদি শৌজিন-খোৎচিন্দুনা থম্মী হায।

নোংমা ঐনা গাবী মপোৎ-মচৈ যোনবা তুকান অমদা গাবী অমগী মবৈ-মবাং মচা অম'নাগী মমল ঙাঙনবিঙৈদা মিযা অব্দুল হক যাম্না চীং-লেন্না চঙলকই, (মা থাক যাম্না হাইগৎনা লৈবা মেকানিক অমনি) তুকানমপুদুদা স্তারিং হ্যুল অদু কুনমুক লৈত্রা পীযু হাযরৈ।

—এ! কৈনোনে মিযা সাহেব, স্তাবিংবু অদুক যাম্না; কৈদৌ-নবা,— যোন্নবো?

—য়োন্নবা নত্তে গারীদা পান্নবনিনে মহাজোন।

—গাবী যাম্না লোইবিবমাল্লে সাহেব কাববারসি মওং অমা তানা—

—কারবারগী নত্তেনে ভাই। গারী অমদা পুল্লক পান্দৌবিবনি। অসিদা নত্তে হান্নন। নিফু অমা লৈরকঅবনি। হুমফুনি পান্দৌরিবসে!

—হা। অওইবনে?

হা। অওইবনে?

হোতেলদা—হা। অওইরনে? গাবী থাফমদা-হা। অওইবনে? লোয়শঙশিংদা—হা! অওইবনে? কৈথেল্দা, ইম্ফালদা, লরায়দা, চীংদা-তমদা, ঈশিংদা কংফান্দা, কনাগী মীরৈবাকশিংদা—হা। অওইরনে?

অত্নম্মক হংনবি অত্নগা ওইবা ওইদবা মিযা হক-নদি হাযবম্বতা নত্তে গাবী মপোৎ-মচৈ যোনবা তুকানশিংদগী স্তাবিং হুান হুমফূ খোম্মগা পুখি, শোম-লাকঅবস্থ হাযদনা অনাগুম্বা অমগা হেন্না পুশেমখি। জাপ তেলব অমদা থঙ্কোক তৌনা পুখি। অউবশিংগী রাদি খঙদ্রে অত্নগা অতাবশিংনদি কিব-কিরবা লাই শোল্লবা ফাওদা ইথা থাক্কো হাযবা রাদে

অযুক অত্ন মপান কাংজৈবুংদা মানা ঈরিক অমদা পুকচৎপগী মহিক শৌবত্ন মঙাই। মযাযদা সিভাইনা ইকোয কোয়না ঙাকলি। যেংখিবদা, মযায-দ-মযায়দা কাবদোনা তৌবা গাবীত্ন মচু তাইফেৎ তাইবদনা যাম্না নেম্না ঙংত্নুনা লৈ। য়েংশিনখিবু মিযা সাহেবকা কসমত্ন অশেংবা কসম্মক ওইবম্নে, ফমফম হুমফুত্নগী মমাঙ-মমাঙদা স্তারিং অমমম পাল্লম্নে। মমাঙদা থেৎলম্বা মচু খরগী ফারাল অত্নদং

খরা পাকলপ রাংলপা বোদী মথক্তা থেৎলম্বা নত্তুনা অতৈ অহোংবদি থোইনা উদে। কোন্না চেল্লকপা মীশিংনা উহৌনবা লাক্লবদা শিনি-নানি কিনখিদ্রে। মক্সপ-মপাঙ, অহল্লমন যেংনখিদ্রে।

মবক অসিদা, ঙাইহাক্কী মহুংদা ফুনগ্রবা লম্বেল অতু দাকুগা মযান্না ফাৎলকই। মীৎ লিশীং মযাম অতু মদোমদা পুল্লপ লৈশিন্ন-বকপগী অতুদা মখোয় হুমফু অতু মবা-মবা চৎলকই। মযাম অতু হায়ন-লাক্লরুবা নত্তে, খুবাক চপ মান্ননা খুবকই। ইণ্টব যুনিবর্স ক্রিকেৎ তেস্ত হৌবকপগুন্না তৌবা মাল্লি। অতুগা যেংনীং যেংনীংনা চৎহৌদবা, চৎপা ঙমহৌদবশিংনদি ড্রলিযস সাজবদা লুহুপ উপ্লি-থ্রবোই নাংনবগ্বা যাই। কবি তৌবক্লদৌবিবনো হাযবদি পঙখঙ খঙনদে, মঙগী হাযরুববদি ওলেম্পিক হৌগদবা মাল্লি। চঙঙকইবা মহোয মযামঙ গাবীদা মবা-মবা চৎখ্রে, মাগী মাগী ফমফমদা ফমখ্রে। মযাম অতনা চপ মান্ননা মাগী মাগী স্তাবিং অতু হেক পাযনবকপগী অতুদা মযামতু অমুক্কা হৌনা খুবাক খুই, ফনা কুইনা খুতুনা লৈ। (সাজবনা লুহুপ অমুক্কা ইন্থোকইদ্রা।)

খঙহৌদে গাবীতু স্তার্ত খংতে তৌবকই, খাইদৈ চাউবা গ্যাব অমা পানখিবগী মখোন তায। (ইনজিন হকথেংননা শেন্নবা ওইব-মাল্লে পঙকুই কুইনা লৈববোইদবা ভাইসবোই মানবা হুপা অমা কোকপিৎ মতুংদা ফমলম্মী। গ্যাব অহানবা পাল্লম্মগা মাদি অতুম্মক কুমথখবে। মতুফাওতু ঙকনবগী রাদনি, মওং যান্না তারি। সাব ভাইসবোই অতনা সি ওফ কা সলাম কোৎলম্মগা হেক লৈথোবকপগী অতুদনি গাবীগী পুবান হৌববইবসি—

অহানবদা থংঙং ঙংঙকই হৌনা, নোংমদোন খোঙচৎকী খোঙ-হৌদা মাবৈবাক-ইবৈবাক্কী স্পেস সেন্তবশিংদা কমদৌনবস্পা যাবা হাযবগী মমি তাবমগনি। গারী অতুনা থক্তিত্তং লেঙবা হৌনকপগী অতুদা মহোয হুমফু অতুনা লৈনরকপা বয়্নকপা স্তাবিং অসি মহানি। থজিক খবাক্তা নত্তে মথল্লাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মুক্নকই। মপা-মপাদা লৈবা থোঙনাওদস্থ মখূৎ-মখূৎ অতু থিন্দোক্তুনা মহোয-মহোযনা চৎকদবা মাযকৈ তমতুনা সাইন তৌনবকই— খূদোম্বীনা খূবানা খূৎযাইনা, কনা বনাগুম্বনা খূবাক খূতুম খূনপ্না তৌনবস্থ যাওই। গ্যানগীনা বনি ওইবিবা হাযবত্তদি, থনকনা শঙদে অতুগা মখোনদি অস্থম অস্থম হৌনংলকই। অযেংবশিং মনা মেনশিন্ননকই, নমাং উইশিন্নদস্থ যাওবকই। অহল খবদি অঙাংমচাদোনা মনাং-মনা লংখংলবই। ঙাইহাক লৈবগা গারা, অতু থপচোং থপচোং চোংলকই। মযাম শমজী থাইতুনা কাযনৈ। গারা থপ্পি।

সেন্তোরনকপা মযাম অতু শোল্লবোই থনবা মযমদা পাকথ-পাকথনতুনা যেংনৈ। শুংশাদি লোইনা থীনৈ। যেংদবদি অমত্তা যাওনদে। গারা অতু মেন থাবমদাইগী তান অগুবাদা কুপশিন্না চাংলকই চোনা চোনা মফৈ ওইনা নোম্না হৌনকই। কুপথনা অমুক যেংবনা পৃথিবীগী অঙমশুবা খোঙচৎকুম মযুঙ ওইরপ্পা মতৌস্থ কাযদ-কাইদা নিবই মথক। ফাম্রান অতুনা অতুতৌগী পুরান মৈ চাকখিবগী মৈন তমথনা খ্রি-খ্রি কানহৌই

ভাবোকশিগী মবক্তা ফুনিৎথাও-বেদিও পুনরকপা যাওমাল্লে নরক্তা পাউমচা ওইনা শোল্লপ্পা খোনজেল অমা তারকই—'হৌজিক

হৌজিকমক গাবী এক্সিদেন্ত থোক্কুনা লৈবিবি। মণিপুরগী অমদি গ্রহ অসিগী মফম কযাদগী এক্সিদেন্ত অসি যেংননবগীদমক্তা মথল কযাগী মাওই হাজিল্লকপা লেপত্রি। একসিদেন্ত অসিগা মরী লৈনবা মচীন তোঙবা মাওই অমনা ঐখোযগী পাউমীদা হায থোদোক অসি মথংগী চহ: তবা-কুন নত্রগা যাঙ্খে-চামা চথখিবা য়ারি। পাউ লোইজরে।'

ইম্ফাল, ১৯৮৩



# চাউবা ড্রাইভর

"ইবুংঙো, হৌরা গাবী হায়বসিদি কালিমাইনিকো।" রাফম অসি মবোরা চাউবদা হেক-হেক হাযখিবনি। হেন্দলমেন ওইনা চহী বুইনা গাবা চৎপা যাওবক্লবা মতুংদা চাউবা ঙসিদি লাইসেন্স লৌরুবে। থবাক্কী জেপতা লাইসেন্স অদু মতোন শাংলপ হেনগৎনা হাপ্লগা ইহান হেক হান্না থৌবকপা নুমিৎনি। মানা গাবাগী লমদা চঙড্রিবৈদা মবেন অদুদি লৈখিদ্রে। অদুবু মানা হাযবম্বা রাহৈ অদুদি চাউবা ঙসি ফাওবা নীংশিংলি—মতাং মতাংগী মতম মতমগী।

মতাং অমদা মনে অমনস্থু হাযখি, মানা গাবা চৎপা যাওববা মতুংদা "ইযাশা গাবা হাযবসিদা কালিমাই যাওবনি, কাবমদাইদা লাইবক লৎপা কাওগনু।" অঙাং ওইনা চঙবা কুইড্রিবৈদদি চাউবা গাবা কাবমদায অযাম্বদা মী কোইরুক কোইরুক যেংবোই লাকপোই তৌবগা লাইবক হেক হেক কৎলম্মা। মাগী ওজা, ড্রাইভব থোইবনা, থৌবা তম্বাবগী ওইনা ইহান হেক হান্না স্তাবিং পাযহনবা নুমিৎ অদুদা চাউবনা স্তাবিংদা লাইবক অহুমলক কৎখি। ওজা থোইবা নুংশিনা মোমোন তৌখি; নুমিৎ অদুদা মবোক অমদি মনেগী রা মথং মথং নীংশিংলবখি। তম্বা হৌবা নুমিত্তুদা চাউবা ফনা যান্না চঙশিন্না হৈখি। মওং তা-না চুম্না থৌবা হৈবদস্থু মতম পঙচঙ চঙখিদে। খূৎপায চেৎকল্লি কা হেন্না চেকশিনগল্লি অমদি

কিগল্লি হায়দুনা মাগী ওজা থোইবনা মমাঙদদি ঙাংলবস্থু মতুংদা, মমান্নবা ড্রাইভরশিংদদি চাউববু থাগৎলি।

চেক্‌শিনবসিবু কিগনববনে? চাউবনা মথন্তা হেক হেক হংবা রাহংনি। রাহং অসিগী পাউথুম থিবু থিববস্থু থিবু থিজ্রবস্থু, লোয়ননা গারি। কাথৎলমদাই খুদিংদা লাইবক বৎলম্বদুদি তোকখ্রবস্থু থৌরমদাইদা স্তাবিং হ্যুল লাইবক কৎপদুমদি কাউস্থু কাউদে থাস্থু থাদোক্কে।

মানা স্থুকবাউ হেক কাউদবা রাফম অমনা কালিমাই মন্দিরগী মপা চেক যৌবদা, মপা চপ হেক চানা মমাং খজিক উইথবগা মবোক নোল্লম্বাদস্তুনি। থবক ফনা চিনবা মতাং ওইদুনস্থু রাবা ফনমক লুবা শাদুনস্থু মচেক খজিক নোল্লম্বা কাউবা হৌনদে—চাউবা। গার লোয়নবকপা মদুবস্থু খোচেনা মদুগা একাগারিনা চৎপদস্থু শোয়দনমক নোল্লম্বা। নেশা চাক-থকলুবা স্থুমিত্তা ফনা শাথীনা চাওবস্থু যাওই। অদুবু মন্দির মপাদা ভক্তি খজিক বৎলম্বদুদংদদি ভাব তানা, বুইজ্রবস্থু, হোৎনবম্মা। মাগী ওজা থোইবস্থু মসিমদি মমাঙনক্তদা অফবা অদম্বা মওংমক্লি হায়না অনি অদুমলক হায়খি।

অশেংবা ড্রাইভর ওইবা স্থুমিত্তদা চাউবা মদোমদা কোইনা থৌবক। গাবা অচৌবগী লাইসেন্স ফোঙ-ফোঙ শানা লৌবকপা মতাংমক্লি চৎমিন্নকবা মাগী ওজা অদু হায়ৎদি গারি। চৎকদরনি মরুপ অমদগী শেন থজিক্কং লৌরুগদবা নৈ হায়দুনা কুমথহৌবে মহাজনগীদা গাবি। পুদুনা চাউবা লাকপনি। হবাওনা পুল্লিং মকা লামনা থৌবকই। মন্দির মপা যৌবক্কদৌবে থকলম্বা বেবা অদু

শাংলপ্পা ছুৎ লংথোকখ্রে; তপথরগা গ্যাব খবা চাউবা অমদা শিল্লি হোবোন অমুক অনীবক খোংলম্মগা রিরি থারকই। মন্দিরগী থোঙ্গাল মপা চপ হেক চানা মমীৎ খজিক উইশিল্লগা (হান্নদি খরদমক লুকথরনি) মরু হান্নগীদগী খরা হেল্লপ্পা লুকথবকই। হেক লুকথ-রকপগী অতুদা সাইবেন পানবা গবী অমা হৌনা খংখোং খোংহুনা মাযোক্লবা মাযকৈদগী কন্না থৌবকপা তায। মমীৎ খংপাং পাঙথো-বকপদা থেক্লতৌবা লম্বেল অতুদা মতাই ওইবপ তৌবদগী পাখংলবা শনগারী অমা মাগী গাবা মমাঙদা ফৈনা হাইজিল্লক্লে। হেক পাখৎ-খিহুনা ব্রেক খংনেৎ নেৎশিল্লি। ব্রেক্তদি ওইবমদ্রে। অচৌবা গ্যাব অতুদা খংহৌ হৌবকপনা মমায খংকক কবপদা হেনডি নমনখিবদগী সরকাবগী দ্রমগী শম্বল পবেং, অমদা—বাঙ।

ইম্ফাল, ১৯৮১



# নসীমা

লেপফম ইথোক থোক্তবা ষ্টেশন মচা অমদা রেল ঙাইহাক লেপ্লি। থোঙনাও ইংথত্তুনা মপান্দা ঙাইহাক যেংলুবগা থোইদোক্লা হুংঙাইফম খংদ্রদনা অমুক লৈশিন্দুনা পাথবম্বা উপন্যাস অহু মখা চথে। হুংখিনদা বুইনগা তুমথোলুবগা রাবীনগা হুংঙাইনগা থোক্লুবগা নোংযাই মতুং পুঙ অমবোম তারবা ফাওবা তূমনীংদ্রে। রেল তপ্লি তপ্লি থাবে।

খঙিক্তং যাঙখৎলকপগী অহুদা ঐগী কা মচাহুদা হুপী অমা তহা তহা চঙলকই, থাবিবা ফমফমগী নম্বর অহু চাউযেং যেংলগা ঐগী মাঙদা মাযোক্লনা ফম্মে। ইথন্নতা ওইবমাল্লে হাযদনা চাইনা থম্মুবা ঐগী বেগ অহু লামহুনা লোথোক্লগা হাযকই—

—লেঙশিল্লু ইবেম্মা। ঐপাগী সাততি অহুনি ইবেম্মাগী নম্বরদি অসি ওইবম্মনি। 'সিদা লেঙশিনগেবা?

—যানি অহুম ফম্বায়ু অঙ্গানি কৈদোগে।

—অদ ঐগী ঐগী হাযহুনা হুংঙাইবা অমম্ব্ লৈবিবা।

—হোয চুম্মী।

মা খজিক নোকখি। নোকপা বাশি লৈ। নহানি মবাযবক ইহাঙ হাঙই। উম হুপীমচাসি ফতেসে। ঙাইহাক লৈবগা চুরুপ চম্না চম্না হংলুই।

—ইবেম্মা কদায় লেঙঙিবা ?

—অস্বাই ফাওদনি, পুঙ অম'নী, অহুমদৈ লম্বেলনি। অদোমদি ? দিল্লি ?

—অ, দিল্লি যৌগে। লম্বেল অসিনা শাংমনখিবসিনা, ঙসিগা অহিং অনী শুববনিসে গারী অসিদা ফম্মকইবসে। মৈবা চিংঙে। নহা ওইবিদৈঙদদি রাবা খঙলমদে হৌজিক্তি ইবেম্মা রাবে যামন্দবগী তৌববনি।

—কবি থবক্কী লেঙঙিবা ?

—হো ইবেম্মা নঙগুম্বী অমা লাইবিক তম্মীনে। মাগীদি পবিক্ষা থেঙনা তৌবেযে, মমান্নবা অতৈদি বু ইবে খোবকপা। মবুঙ অমা লৈ থবক তৌবিবনি হাযদনা চাং মান্দদা লৈবা। কনাস্থু লৌবীনবা লৈতদনা ঐনা লৌথোবকপা চৎলিবনি।

—ইথন্নতা চৎপিব্রা ?

—ইথন্নতা মচৎলি।

ঐনা হ'ন্নিংলম্বা রাক্‌ংনি। নহা মানা অহাং অসিদা ইবোম কোন্না কা অমদা হেক্তা চঙলকইবা, থোইদোন্না খৌশাদবা মওং উবদা লোযননকপা কনাগুম্বা কনাগুম্বা অমগা চঙলকপা যাব্রা হাযদনা ডাইহাক যেংলম্বনি, হায়েগ খল্লম্বনি মানতুম হানখ্রে। ঐস্থু হংলগে তৌবকপগী অতুদা ঐনা পাবম্বা চেফোং অতু লৌতুনা ফাব্রগা ঐঙোন্দা থোইদোন্না য়েংলকপা তৌদনা হংলকই মানা অমুক—

—কিবিদব্রা ?

—ইপাহোয়বুদি কনাবু ককিবু বিরুনি। হুরাম চিম্মিগী তুক

চিংনবা মঙাই। অদুস্সু বেগ মচা অমনিনা লোইরে। লাইবিক খরগা ফিবোল মচা মচা অমনাখক্কনা লোইবে। খিক্তং পাম্মুবা হাযববু মবক মবক্তা খোৎপা কবিতাগুম্বা রাবেং মচা গুম্বগী বোই অথাবা অমত্তং যাওবি অসি মঙাইবে, অসিস্সু চুন্না সুম—।

— ও, অদোম লাইবিক লাইগুম্ব ইবিবা ওইবে।

— ইবোইনা ইবা নত্তেদা সুম তৌবিবা হাযদুনি। ওক্না ওইনা চহি কুন্থ্রামুব লেল্লবপা অদুগা লাইবিক খবা সুম থেংনবকপত্তদা·· হৌজিক্তি বিটাযাব তৌবে মতম হাযেংদো— অদুদা পোথাবোই কবিবোই পঙখোৎ খোৎপা হাযদুনি। ইবেম্মদি ৰবি থবক তৌবিবি ? লাইবিক তম্মত্রা ?

— কৈস্সু তৌজদে। চুন্না সুম অমদা অমুক চৎ অমদা অমুক চৎ তৌবি। মতাং চাবা মতাংদা সমাজ সেবাগুম্বা তৌজে।

— এ. যাম ফগৎপোৎনিনা অদুদি সমাজ সেবা দেশ সেবা অচম্বা থবক নত্তে। মা খুদিংমরা ওল্লবা নত্তেনা মানদি অঙাওবানি লমকেৎ-লমহাইবানি হাযনবস্সু যাওবিনি হাযজসনু ইবেম্মা, থরায যাওনা তৌ। অদুগা ইবেম্মা ঐখোযগী লৈবাকসে নুপী খবা কলহনবা দবকাবনিকো। নুপীবু নমথরিবা সমাজ অসে মমীৎ পাঙহনবা ফৈ-কো। ইপাহোযস্সু নহা ওইবিঙৈদা খরা তৌবম্মী। নুপী লাইবিক তমহনগদবনি হায়দনা নুপীমচা লৈবা ইমুং ইমুংদা চঙদনা মপা-মমা অহল লমন্দা হাযনবম্মী। হৌজিক্তবু, নহোয, লাইবিক তম্বা অসি তৌদবা য়াত্রবা নথো অমা ওইবে। ইপাহোযগী হাক্তভদি নোক্লবম্মিবনি স্কুলকা চৎহননপোৎ নত্তে।

ঐগী লেকচব মা তাগুমস্থ তৌই, হৈনদগুমস্থ তৌই। হৌক-রবনিনা ঐস্থ মতাং অমদি চানা লোইবগে হাযহ্নুনা খাংই। ইতা তাদবা ক্লাসতা চহী কযা ঙাংলকপদগী হৈনগ্রবনি। মা ঘডী পঙযেংদা যেংই। থোঙনাও হাংদোক্কুনস্থ মবক মবক্তা যেংই। থামম্বা অহিংহুদা কবিবু উবনো খঙদে হেক হেক যেংই চেপথ চেপথ। মঙোন্দস্থ ঙাংনবা মতাং পীবগী ওইনা হংলুই—

—ইবেম্মনা সেবা তৌবিবসিনা কবম্বা মওংদা কবিকবি তৌবিবিবা?

—ঐখোযনা তৌজবসি যামখ্রে ওজাবু। অকিবা ঙাক্কনি, শন্না হাযববদা ঐখোযনা তৌবিবসি তেম্বনি—তেমথোকপা।

—হাযদি লৈকুৎ-লৈতোং, এন, সি, সিগী কেম্পিংগুম্বা?

মা খজিক থোযবপ নোকখি। মাগী মোমোন নাংথিনা মচু তানা ফজে, পুরিং হুই, যেংবগী পেনবা নাইদে। খল্লুই মসিবু লমচৎ যোনবা ওইবিদ্রা। ফিজেৎ লৈতেং মচু চপ চানা তাই। মশা অপুম্বত্ত পুমবুমনা অমুকস্থ চাউয়েং যেংলুই। মাস্থ খঙই। থোইনা থৌশাদে। ঐস্থ চহা অসি খবদং হম্বা যাবশিং থোক্লম্মব-দিকো খল্লুই। নত্তবস্থ অনা মবা খল্লুবগুম তৌই। মবক্কুদা মানা মফি খজিক কোমথোবহন্দুনা হুমাং হন্দোকপগী মওংদা চাংলেন্না ঙাথবপ ফল্লগা হাযবকই—(মবুক তোঙলপ উই)

—অহুগুম'জাংনি ওজাবু। লাইব অনংগী অকুৎপহু ইনাক খুনবগী চুমদবা শেন্দান্না পৈশিনবা লনগী অতোংবত্ত য়েখাযহ্নুনা ফুনবা। লৈতেম মান্নহনবা অসিনি ঐখোযনা হোৎনরিবা। ওক্তাস্থ ওক্তা ওইবিরম্বগী ফবনি নত্রগদি য়েখাযরম্বা য়াই।

—ইমাই।

—হ। মওংবু হাযবা (মা মখোন থোকলপ নোকই। ওম্মোক্সা মি-না খোযগুমননা থোকই। লাংভক্রবতুম পোকই। অহন ওইবদগী হনখ্রবা থৌনা অমদি পাঙ্গলবু খজিকস্তু মিতাকই। খোযশাওবনদি পোক্তে।) ঐখোযগী খায়দৈ চাওবা যেক্লবসি অউনপোৎকী থাংঙম পুঙমদবা মমলদা বব-কৈনা লৈবিবা, যোল্লিবা মীতম্বালশিং অতুনি। হন্দকী থা অমনাসি লুহোংনবা পান্থানি। ওজাব তাবীবিনি, নুপীমচা কযা কযা অউনপোৎনা হাৎখিবা। শজিবু, কালেন, ইঙা, থা অহুমসি লুহোংবা যাদবা ঐগুম্বা কযাগী থৌদি যাল্লবা, গুহাদা চোংথনবা, বেল তালদা চোংথনবা, হুগী লিক্লি লৈনবা থানি। ওজানা ঙসাই হাযবিখিবদাই নুপী শোল্লি হাযদনা। ঐদি মতু যাজনীংদে। নুপী শোন্দে অচেনবা বেলগী ইনজিন মমাঙদা ফন চোংশিন্দুনা শিবা ঙম্মীবী মখোযবু শোল্লি হাযগদ্রো। পাঙদবা মীনা শিবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে। বব লৈবস্তু ঙমদবা শিবস্তু ঙমদবী অতুগা হিংবস্তু ঙমদবী কযা অমস্তু লৈবি। ঐনা খঙবা, যাম্না পাঙদবা নুপী অমা লৈ। মাগী বাবা খজিক্তুং তাগেবা?

—খজিক্তা নত্তে যাম শাংনা মপুম ওইনা তাগেনে।

—শাংবস্তু কান্নদে। নুপীমচাসি মশা বি, এ, নি। মশক মতৌ ফজে। মযুমস্তু চবা হেনবা ইমুং নত্তে। মাগা অঙাং ওইবিদৈঙদগী নুংশিনজবকপা অমগা হাযন-শীংনবগী মতাংদা নুপাতুনদি কৈস্তু হায়জদবা, মপাতুনদি অউনপোৎ ওইনা পূ-থাং ঙমদবমথৈ হাযবা। পূ-থাংবা ঙম্বী বনাগুম্বী নুপী অমগা হোংখ্রে।

নুপীমচাহুদি পাংপঙ পঙথহুনা লৈহৌবে। মাস্থ, মীনিনা জীব কৌবনিনা থম্মোয পাল্লি, নুংশিবা ইখৌলাংবা অপাম্বা খঙইদো। অচুম্বা মওংদা লম্বেল অমত্তা লৈত্রে। ফনা কুইনা খাঙংম্মা মাস্থ অহুবু লম্বোই ভুবোইহুনা চংখিবমক্তি নত্তবনিনা কনাগুম্বা অমগা লোনজা-লোনথুম্নরুবে। আশা তৌরুস্বহুনা কনা-গুম্বহুস্থ পেনবা য়াবা পেল্লম্মগা নুপীমচাহু মশা রাই শংঙক্তবা উবদা মাঙথোকত্রে। মশাদা নত্তনা শাগৈ-জাং চেন্নবগী রাফম লাক্লে। মমৈদদি নুপীমচাহু মাঙখ্রে। ঙসি ফাওবা থিবা খঙদ্রি।

—শিবম্মদ্রা ইবেম্মা ? শিবমদনকো।

—মা শিবা চঙবগীদি খঙদ্রে অহুগা দেশকী বিচাব লোযশংশিংনদি মাবু ঙাইবি হায।

—করিগী ?

—খংদে।

মাগী খংদে'হু চেন্থারা থুখ্রে। ঐগী রাহংগা লোইবা মান্নবম্বা যাই। ঐনা মখা তাগে খল্লকপগী অহুদা কনাগুম্বা অহল অমনা থোঙ হাংদোবকই। নুপীমচা লৈশাবাঁহু ঘড়া যে-লম্মগা থোকখি। ঙাইহাক্তং লৈবগা চঙলকই। মহাক তহা তহাবা মাল্লি। চঙঙক-পগা থোঙ লোনশিল্লগা পুনা পানশিল্লি। ফমদে লেপ্পা লেপ্পা মনাদা যাল্লিবা মথুত্তা শিনিবা অগমমত্তা জৌথোবকই, মাগী বক মচাহুদা হাপচিল্লি। শেংলিবা সাড়া জৌথোবকই। ঐ স্বাই। মন্নুংদা খোঙগ্রাওগুম্বা অমা শাংনা চিন্না তপ নপ্পা শেংলম্মা। ঐঙোন্দা খজিক নোকফেং ভৌরগা য়েংলকই। ঐ মিং কুপ্তনা যেলি।

—ওজাবু নসীমা হাযবা হুপী ডাকু অমা তাবিব্রা ?

—তাই ইবেম্মা।

—মী হাৎপদা, লুট তৌবদা হালেংবা লৈতবীদো ?

—তাই ইবেম্মা।

—মাবু চঙনা নব্রগা শিনা পুবকপদা লুপা লিশীং কুন পীনি হাযনা লাউবিবদো।

—তাযনে ইবেম্মা।

মা ঙাইহাক তুমিন লৈখি। মখুত্তি লেপ্তে। মখোঙদা তোংলম্বা ফিনাৎ অত্থু লোথোকলগা ফিগী বুট অমা তোংনা তোংনা, মবি পুনশিন পুনশিন্না হাযবকই—

—ঐনা হৌজিক লাখিবা রাবাদো নসীমা হাযবা ডাকু অত্থুগী রাবা। মা হিংলি।

—ও।

খঙহৌদনা গাবা খংতপ তপথবকই, ত্রেক কন্না ফাবগী মখোল তাই। তুগে তৌবদা খূৎনা ঙাক্লিংদা বেক অত্থু তাপ পাযবগা থোঙ ক্রোক হাংদোকখি। চৎনা চৎনা, তহা-তহা মমাযত্থু থোঙদা লৈশিন-লক্কুনা ঐঙোন্দা নোকফেৎ তৌনা যেংলকই মখূৎ নাম্মা থাঙ্গৎলগা ব্যবহাব মতেক অমা উৎলম্মা। মমিৎ যাওনা নোকপা মনোক্লি।

—ওজাবু যৌজবে। নচাগী মিং নসীমা।

হুৎ লৈথোক্কুনা চৎখি। পুঙমল্লি, পুমহাং হাংবা মাল্লি। মযাম মবাঙ-মবাঙ লাংনবকই। খবা অমস্থু ক্রুক ক্রুক চেন্নবা তাই। থোঙনাও চিংথবগা মানা ফমলমবা মফমত্থুদা ফনা কুইনা য়েংহুনা

লৈরুবগা চুরুপ অমা চম্মী; থোড লোনশিনগে থন্না থন্না অহুম হিপংরে।

মঙানী তরানী লৈবগা নোংমা ঈংলিশকী খবর অমগী অহুম-শুবা লামাযদা ফোটো অমা যাওবকপা থেংনৈ। অহু া রেলগী অহিং অহুগী মুপীমচাহুমক্কি, ঐনা উথিবা মাগী হোংদোক্লবা ফিজোল অহুমক্কি।

"শকহেনবী ডাকু নসীমা হাংখ্রে"।

মথা তানা পাথরুই। পুলিশকী কাঙবু অমগা মায়োক্লনা কাপ্পবদা নসীমা ডাকু শিবনি। রাজ্য অনী তাইনবা সহব মচা অমদা ওখাক চাওনা লাঙবা লুহোংবা অমদা নসীমানা লুচিংহুনা ডাকুগী চাউববা কাঙলুপ অমা লাক্তুনা পোৎ-চৈ মান-চাং লুট তৌবা হৌরকপগী অহুদা হান্নবা সামিন খজিক ফংখ্রবা পুলিশনা কোইশিন্দুনা কাপ্পনি হায। হিংলিবা তেক্ত-কাযদ্রিবা মাগী খোঙলোই খবহু চেলহনখ্রগা মানা মাযোয়হুনা কাপ্পহৌবগী রা পল্লি। মা মীরোনবা থা অহুম-মরি রোম স্তখ্রমাল্লে।

বেল খোঙচৎকা অহিং অহুদা মানা নমস্তে তৌবম্বা, খজিক নোক্লম্বা, 'নচাগী মিং ন-সী-মা' হায়না হাযরম্মগা হুৎ লৈহুনা চৎখিবা— নাংশিংলকই। মাগী বাশি লৈরবা মোমোন মানোকতু হন্না হন্না উবকই। লুপা লিশীং কুনগী রাফম অহু খজিক নাংশিংলকই। মাগী ফোটো অহুদা মুনা য়েংলগা থল্লুই-- মবুক্কী অঙাং অহুবু মুপী ওইবিদ্রা মুপা ওইবিদ্রা।

এলাহাবাদ, ১৯৮১

লোইরবা

**অইবগী কলমদগী**

* মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকাব — ১৯৬৬
(সাহিত্য নৈনবা)
* থক্লবী (রাবীমচা) ১৯৭০
* ত্যাগ-পত্র (হন্দোকপা উপন্যাস) ১৯৭০
* খ্বাইরাকপম চাওবা (নৈনবা) ১৯৭১
* চোইজাইনববা (শৈবেং) ১৯৭২
* মোবাম্বী অঙাওবী (রাবীমচা) ১৯৭৪
* ডাঃ কমল (নৈনবা ১বা শরুক) ১৯৭৬
* তিঙ্খংলৈ (রাবীমচা) ১৯৭৭
* পিস্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা (রাবীমচা) ১৯৮১
(সাহিত্য একাদমী মনা, ১৯৮২, পীখ্রবা)
* ডাঃ কমল ঃ পুন্সি অমসুং সাহিত্য (নৈনবা) ১৯৮১
* ইমৈসুনি তৌবাসুনি হঙ হঙ (রাবীমচা) ১৯৮৩
* ইঙাদা নোংমা (লীলা) } মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী
* হয-বদন (লীলা) } দমক্তা হন্দোল্লবা
* অতৈ অতৈ

**যংফম ঃ**

→পব্লিক বুক ষ্টোর, পাউনা বাজার ইম্ফাল।

→ত্রাইমবেট এণ্টরপ্রাইজ, শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই।

→মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার ইম্ফাল।

PISTOL AMA KUNDALLEI AMA is considered an outstanding contribution to Manipuri literature for its intimate depiction of human relationships, a keen sense of irony and wit, lively and sparkling style and its faith in the ultimate triumph of human values.

*—Sahitya Akademi, 1983*